**নাচোম লৈ অমা:**

লাইরিক অসি অইব অনিগি লাইরিক অনি পুনসিনদুনা খোমজিনব লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি, খোমজিনব বিশ্বামিত্র রাংজিং।



অহানব ফোংবা:- ২০০৭
লাইরিক মসিং:- ৩০০
ফোংজবি:- থোইবি
হক পূমবা:- খোমজিনবগি
মমল:- লুপা: ৮০/-

লাইরিক ফংফম:- মনিপুরগি লাইরিক দুকানসিং

নমফম: থোইবিচ প্রেস, মনিপুর

হে তাইবং সেমব মপুও
নংদি মিংলেন য়ামবনি
মা-মাগি অপামবগি মখা পোনবনি
নহাক্ন কনাবুসু নোংমত লংনখিদে
মিনুংসি চাওবও
নংগি নখোং খুয়াখাদ ---।

# ৱাহৈ খর

মনিপুরি সাহিত্য লৈকোল অসিদ খোমজিনব লাইরিক অমতং খুদোল তমজনিংদুন নাচোম লৈ অমা মিংথোনব লাইরিক অসি পুথোকচবনি। ঙসি লমদমসিদ লাইরিক লৈদুন পাবসি চৎনবি লৈতরে। মসি কনাদসু ৱারৌফম থোকতে। মতমন পুরকপ ফিভম অমনি। অমরোমদা দিজিতেল মেদিয়ান খোংলৈ থুন চাওখৎলকপ অসিন পুরকখিব মসক অমনি। মতাং অসিদ লাইরিক অসি পাবিব মতমদ লাইরিক অনিগি কান্নব অদু ফংবিগনি। নুংঙাইবদুসু লৌবিহৌ। মসিগি খুদোংচাব অসি মিয়ামদ থমজনিংদুন তোললবন হোৎনজবনি।

লাইরিকপু পাবিনিংব খ্বাই পুমনমক, অমদি মনিপুরি সাহিত্যবু নুংসিবিব মিয়ামদ নাচোম লৈ অমা হাইব লাইরিক অসি খুৎসিননজরি। লোইনন লাইরিক অসি পুথোকপদ মতেং পাংবিরকপ খ্বাইবু ইকাই খুম্নজরি।

খোমজিনজব

## য়াওফম তাকপ

# পুন্সিগি মরি

প্রেম্ নিংথিরব কাগি চংখোল্ব ফমুংতক্ত লোংন হিপ্তুন তুম্ব থেমলি। মপুংফারব অব্রাৎপ অমতসু লৈত্রব কাসিদ ব্রাৎলিব হাইববু লোইনবি প্রিয়াগি সেংলব মিনুংসি অদুত মঙাইরবনি। চিক্লব কাসিদ মরোল থোকত্রব থমোইনুংগি ওইব ব্রাফমসিগি ইথক্ নেম্থখি, ফক্লাং ঘরি খিংলকপৈ মখোল্ তাবদ। কয়ানো মিৎ থাংগৎতুন য়েংঙি। পুং তরা তাবগি ওইরমি। ইন্থম্ থাগ ওইবনে ফন থেংলবনি। অসি ফাওবদ লোইনবিন তুমফম্ কাদ চংলক্তব হাইবসি পেন্ফম থোকতব থমোইগি ব্রানি। মসি প্রেমগি মফমদদি অনৌব নৎত্রে, অদুবু লমবিসিদদি প্রেমগি থমোই লুম্থবুদ্রে। ঙাসিন্দুন থমলিব থোংসি প্রিয়ান লাকলগ লোন্সিন্গদবনি, মসিদনি লৈতাফম্ খংদ্রিবন। তান্জাসিদ থোং হাংলকপগি মখোল তারকই। প্রেম য়েংথোকলুই ফি সেমজিনদুন প্রিয়ান চংলকপদু উই। মহাককি মাইথোংদ তারমব নুংঙাইবৈ মনিংদু লোৎসিনখি মপুরোইব তুমলমদব অদুদ। প্রিয়া তুমনব কাংখল্নচিংবদু সেমজিল্লি, মরকসিদ প্রেম্ন,

- তুমনব হোৎনবনি য়াদ্রে, মসিনবু হেন্ন ব্রাহল্লে।
- তুমবৈ গুলি চাখ্রব নৎত্রো ?
- উম, অমদি চাখ্রবনি।

গুলি অমগসু পিজরে। প্রিয়া তুমনিংলদুনা ফমুংদ কাখৎলি, মপুরোইবগি ওইরোমদ হিপথৈ। খোংবিন ফৈজুপতু চপ্তুন চিংখৎলি, খুৎন ওক্তুন থবাক মপাদ থমখি। মরকসিদ প্রেম্ন,

- নহাক ঐগিদমক কয়াদ ব্রারব,
  ঐনদি নংগিদমক্ করিগুমব অমতসু পেল্হনব ঙমদ্রে।
- ফরে, পোথানব তৌরসি। ব্রাখল খল্লুরগনু,

অমুক তুমিন্ লৈনখ্রে। থমোইদা মরোল্ লোল্লি। প্রিয়া মদোম্ খন্জৈ, ঐসে চুমলিব্র, মহাকনদি করিসু পাম্মুদন পেন্থোক্লি। মসিন থমোইদদি চিংনব পোক্লি।
ইনে লৌব মাম্গি মচানুপা দিনেস্ ঐখোইদ লৈরগ লাইরিক্ তম্লুন্ব থারক্পনি। অদুগ ঙসিন মা ঐগি মরক্ত ওইরক্লিব মরি। ৱাখল্সিদ অদুম্ তুম্থখ্রে।

যুমথংন্বদ লৈবি প্রেমিন, প্রিয়া অমদি মপুরোইবগ লৈনরিব মরি অসি খর মখৈদি খংঙি। অদুবু করিদি হাইবুব য়াগনি। থমোই লাইনা নারবনি মিমান্নদ্রে খন্দুন মথমোইবু লাকসিনজদুন খুদিংমক্ পেন্থোক্লগ সিববু ঙাইরিব মিসক্নি প্রেম। মসিতন প্রেমিন থমোই সেংন প্রেমবু নুংসিজৈ। পুকনিং থৌগৎপিব অমদি পাংগল্গি মতেং কয়া পাংলি। মসিনসু লৈকাইগি মচল অমা ওইন নুংসি-চান্নন হিংলক্লি। অদুন ঙসিফাওব ময়ুম মকৈ পালল্লুবগি আসা ইতৌ তৌরুদে। প্রেমগি মপাবুং ধনেস্বোর লম্দম্সিদ ইনাক্-কৈরাক্ খুনব মিসকনি অদুন মিয়ামন বেভার তৌনরিবনি। অদুবু মচা-মমৌগি মরিসি খর চিংন্রবসু য়া কাথোকপ ঙমদ্রে। করিন মচানুপান ওইরিব ফিবম্ অসিদ। মসিতন মপাগি কোক্ চিক্হললি।

সুমাং মচিদ লৈ ইসিং চাইরিবি প্রেমিন, প্রিয়াবু মপুরোইবন কৌখিবদু তাই। চংলকখিদব অদুসু খংঙি। হন্ন-হন্ন কয়ারক কৌখ্রবনি, হনতক্তি অমুক্ কৌরকখিদ্রে। ৱারবর তুমিন্ন লৈখ্রে। নুংঙাইত্রদুন প্রেমি, প্রেমগি নাকত চংলুই, প্রেমি উবদ,
- নংবু ননম্ম উখিব্রো?
উদে খংহল্লি। করি পামবগে হংঙি, প্রেমিন ময়ুমদৈ ইসিং অসাব লৌরুদুন পি। প্রেম ইসিং লৌদুন থক্লগ,
- লৈকাই ওইরুবন নংসু অৱাবসি য়াওরেদো।
- অদুমন তাকপিগনু তাদ।

চৎলগে হাইদুন প্রেমি থোরকই। অমুক্ থোংজিলদৈ লৈসিল্লক্তুন,

- নচলসু তাদগিদমক্ ব্রাদবদি ঙমদে।

পাংগলগি মতেং পাংজরিব, অদৈ হেনদোক্তুন থমোইগি ব্রা ঙাংলক্লবসিদদি প্রেম্ প্রেমিগি ব্রাখল্ খনদব ঙমদ্রে।

অব্রাব ব্রাখল্ন পুরক্পা চৈথেং অসিন মিমান্নদ্রব মপোকপু করিগুম্বদ নিন্দা তৌবুদ্রে। ঙসিগি ব্রারিবসি কর্মগি মহৈনি খনদুন খাংলি। সোমদন পাপ্নি খংলব লমবিদু হৈনবুরবদি মহাক অদো কোক্ হেক থাদোকপ ঙমদে। অদুন ইরৈসিদ অদুম্মক পুন্সি লোমন্খিব কোংগাইনি। প্রিয়া দিনেস্ নুপা নুপিগি মরি লৈনরকপ ফন কুইরকলবনি। লোন্ন চাব পোৎকি মহাও কাওঙমখিদ্রবনি। প্রিয়া মমা ওইরকপ য়াব তানফম্ কয়া য়াওখ্রবনি। লাইয়েং বিগ্যান্ন চাওখৎখিবন মদুমদি নাথৈহনখ্রে। থাবলনগ ফবনে প্রেম্ ঙাইহাক্ হংচিৎ লাংনিদুন মপান্দ ঙাহৌ-ঙাহৌ থোরকই। দারিদ খোং য়ানথদুন ফমলগ মহৌসা লাইরেম্বিগি ফজবদু য়েংদুন পুক্নিং সানতি ওইজৈ। মখা সংগোই দলান্ কাগি থোংনাওদৈ মৈঙাল্গ লোইন্ন নুপা নুপি লোন্ন নোকমিন্নবৈ খোনজেল্ অমা তারকই। মি কৌবন্নি সাওরকল্দ্র হাইন প্রেমিদি নিংলুবনি অদুবু প্রেমদি,

- ইহে তাহৈদ্রব মতৌনি,

হাইরম্লগ ইমুংদ চংখ্রে। ঙসাইদগি মতৌদু য়েংলিবি প্রেমি থমোই কাইখ্রে। মিৎলুদ পিরাং সিন্থন প্রেমন চংখিবদু য়েংহৌরি। প্রেমগিদমক্ ব্রাজন,

- হে তাইবং মপু নংগি লিলাসিদি।

প্রেম্ ফমুদ লোংন হিপথৈ, চোংলকলিব থবাককি মিহুনদু ইস্বোরগি নাম্ সোনদুন ফাথজৈ। পুক্নিংদ স্রি ক্রিস্নগি সকতম্ চিংসিন্জদুন মসাগি অনাববু অমুক্তদি ফহন্বিয়ু হাইন খুরুমজৈ। অমুক্ ব্রাখল্গি ইথক্ হৌরকই, প্রিয়াগি অরোনব লিচৎ অসি য়েংদুন অসুমক লৈরবদি

মহাক অরান্ব তারক্লোইদ্র খললি। মসান পাওখুম্ অমুক্ পিৰদি ঙমদ্রে। থিংলুরগন করি, নোংমত ফাওব ঐন মহাকপু মোমোল্ নোকহনখ্রবর? ইস্বোরগি লিলানি মহাকন তমব অমা লাকলনি, পেনথোকপন মাগি মথৌ ওইরে। হকাম্ লাওন চল্লদুন য়াম্ন হৈনিংদ প্রিয়া চংলকই। ঙসিদি ৰা লান্কা ইঙাং ঙাংনদে। প্রিয়া ফমুংদ ফৎ কাখৎতুন তুমখি। প্রেম ঙাইহাক তুমিন্ য়েংঙি। নুংসিব ৰাহৈন প্রিয়াবু কৌরি,

প্রিয়া হৈনিংদন খুমল্কই, অদুবু প্রেম্ নিংহন্নদে। মখা তারকই,

- ঙসিদি ঐ নঙোন্দ ৰা অমতং হাইগে।

পাওখুমদি পিরক্তনর অমসুং খন্থনবত খংহন্খি। মতৌদু প্রিয়া মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি ঙক্ন য়েংল্কই।

- নং পাপ্কি লমবিদ চৎলে ৰাফম্সিদ ঐবু খমবন্ব ওইনসু লৌগনু। ফরে, তুমনিংলরিনি পোথারো।

প্রিয়া খুমলুদ্রে, ফৈজুপ্ন মকোক খুমজিনখি, স্বোর সাংন হোনদোক্তুন খাংলি। মতৌদু প্রেসু মরম খংঙি।

খৌদেমব মখোল্ তাকরই, মকু ইবুংঙো হল্লকলে হাইবসি দিনেসকি কাদ লৈরিবি প্রিয়ান খংঙি। মখোই অনিমক্ তুমিন্ লৈনখি। থেংলব ফাওবসিদ দিনেস্ কাগি মৈ ঙাল্লমব অসিন ধনেস্বোরগি থমোইদ হেন্ন পুক্নিং চিংসিললি। দিনেসপু কৌৰি, চরক চহিংন্ন খুমলক্ই মতৌদুদ ধনেস্বোর,

- ইবুংঙো পোথারোনে, মতমসি থেংলে, নসা সোক্কনিকো হাইরমলগ চংখ্রে ইমুংলোমদ। পাখৎলুবা ইথিল্ হুমাং হন্থখি, হৌজিক্ প্রিয়াগি ফিবমসিদ কমদৌনি হাইদুন দিনেসত ওনসিনলি। অদুবু দিনেস পাওখুম পিরক্পদি লাইরদন তরংদ লৈথোক্খ্রে। মতৌদুদ ৰারৌন প্রিয়ান,

- নহাক নুপানিনে।

প্রিয়াবু ময়ুমদ পুসিল্লুব য়ারোইদবগি ব্রা হাইরকই। ব্রাফমদুদ প্রিয়ান মমাংদ মদু ময়ামদু খনথহৌদবগি দিনেস্ত মরাল্ সিরকই। দিনেস্ন,

- এ, মসিবু ঐতগি ইরাল্লো?

সাওনরগ কান্রোই খংলদুন প্রিয়া ইংথন থেমল্কই অদুবু দিনেস্তি লমবিসিদ চৎলিঙৈ মহৈ-মসিংদ সোৎথহৌবদু নুংঙাইজখিদে। অদুবু সম্ন হাইরকই,

- ভরাগি কাদ লৈরুনি হাইসু সেল্দি --- ।

থা তরেৎ সুরক্লবনি ঙসিদি প্রিয়া ময়াম খংলক্লবদি লান থোক্কনি মসিগিদমক্ চাংয়েং অমা চংসিন্নব মখোই অনি কুপ্ন তান্নরে।

প্রিয়া ইরুজথোকলগ অয়ুককি ধুপ্ থাওমৈ থাললি। মদুগ প্রেম্ন পামজব চিনি য়াওদন ফুৎপ মংগ্রা অঙাংবদু পলেৎ অমগ চাঙাং গ্লাস্ অমগ পুসিল্লকই। হরাও-হরাও লৌদুন চাই, থকই। থব্রাই য়াওন হোৎন্রকপ মতৌদুদ চিংনবদি পোকই। প্রিয়াবু চিংন য়েংঙি। প্রিয়া হরাও-হরাও তৌজে। তুমিন্ ব্রা ঙাংলকত্রবদুদ প্রিয়ান,

- তামো, ঐ ইসা লুম্লে।

ঙাইহাক্ তুমিন লৈখি। অমুক্ নোকমি-নোকমিরদন প্রেম্ন,

- ফরেনে।

ব্রাহৈদু প্রিয়া হরাওজৈ মদোম লোন্ন। ধনেস্বোরন মচানুপাগি কাদ চংলক্পনি ব্রাহৈদু তারুবদ কোক্ চিক্লদুন অমুক হনখ্রে। প্রেম্ন অমুক্সু হাইরক্ই,

- ঐ নহকপু নুংসি অদুবু হরাওহনবদি ঙমদে

প্রিয়া ব্রা-লান ঙাংলক্তে তুমিন্ন তাই। প্রেম্ অমুক্সু হাইরক্ই,

- ঐবু ময়ামন নুংগি মুর্তিগুম উরি, অদুমদি অসেংব অমা নৎতে।

হন্তকতি ঙসাইমখৈ লোন্ন হরাওজরমবদু লোইসিন্খ্রে। প্রিয়া মাইথিরব লান্মি অমগুম তুকথন মপুরোইবগি মাংদ লৈজখি। প্রেমন মখা অমুক তারকই,

- য়ারে ঐ, মিওই খরগি ইজৎকিদমক হিংলগে।

নহাক লাইনা চুদব নচানুপা অমদি পোকউকো।
ধনেস্বোব অমুকসু লাকই। মকুবু প্রিয়া বেভার উৎলি, লোইন্ন ফিদ থাই।

ইবুংঙো মুম্বাইদ চৎতুন লাইয়েংলুনব তৌসি।

থমোই লাইয়েংবদ খুদোংচাব খর লৈরে হাইরি।
প্রেম য়ানিংব উৎলি। হরাওরদুন ধনেস্বোর অমুক থোক্ব্রে। অমুক প্রিয়াদ ওনসিল্কই,

'প্রিয়া, হন্তক্কি খোংচৎ অসিদি লাইসু খুরুম্লক্কে।

থা খর চংলক্পসু য়ারি।
মপামচান য়ুম থাদোক্খ্রবদ দিনেস্ অমদি প্রিয়াদ ইমুংগি দাইত খুদিংমক্ পুগদবনি হাইদুনা সিননৈ। প্রিয়াসু অদুম্ তুমিন্ তাই।

থা অহুম্ লংফৈদগি পাও অমত পিরকত্রগ ঙসিত অনাব ফরে হাইদুন তেলিফোন তৌরকই। লাইফম্ অয়ামব খুরুমলে অদুন থুন হল্লকলনি, পাওসিদ প্রিয়া খম্থেংন বারে। লোইন্ন থা সুজিল্লক্পগ ওইবনে, দিনেস্ত মপামদ পাও পিহনখ্রে। খুদকত হকচাং নুংঙাইতব হেনজিল্লক্তুন দিনেসকা মখোই অনি অনা লাইয়েংসংদ চৎখ্র। ঙসাইদগি তৌনরিব লাংনরিব মগ্যামসি য়ুমথংনবদ লৈবি প্রেমিসু লোইন খংঙি।

ইথা থাজবুদন থোংগাললোমদ প্রেম মপাবুংগ পুন্ন চংমিন্নরকপদু প্রেমিন উরে। অঙক্পনি সুক্না হেক্ নাদব মি অমগুম্ উরে। মসিদ প্রেমিন হরাওজখিবসিদি। চেন্সিন্দুন মৈনচিংব ওকই, পুরকপ পোৎসিংদুসু ইমুংদ পুসিললি, লোইন্ন প্রিয়াখোই লাইয়েংসংদ লৌখিবগি পাওদু তমখি। তাল্লকসিদ সুমাংয়ৌন ভেন অমা থৌজিলকই। মপা মচা ঙক্ন য়েংদুন লৈ। দিনেস পিগোই চেন্ন গারিদগি কুমথরকই। অমুকসু গারি অমা থৌজিল্লকই। প্রিয়াগি মমান অঙাং অমা পম্দুন লাকলগ প্রেমদ খুৎসিনৈ। অদুগ কপ্লকলে।

- ইচানুপিদো ঐখোইবু থাদোক্তুন চৎখ্রে।

প্রেম্ তরংদ লৈখ্রে। অঙাংদু প্রেমিন লৌরগ করিনো পিথক্নব সিলখি। ধনেস্বোর ধরমগি মথৌ-মঙম পাংথোক্নব লাংঙি। লৈকাই ময়ামসু লাক্তুন মতেং পাংলৈ। অঙাংদুসু নুপানি। লৈকাই কনাগুমব লোন্ন কপ্চব য়াওখি। মমা মচা কাইনব অসিদ প্রেম্ মওন্-মওন্ খল্লকই।

হে ইস্বোর নংগি লিলাসিবু করিনো, সিবুরব ঐন অমুক্ হিংলকলে।

সামুগুমন পাংগল্লবিদুন -- । মসিদ ঐ নোক্কদ্রা, কপকদ্রা। অঙাংগী মরমদা খল্লকই। প্রেমিসু প্রেমগি নাক্ত চংসিলকলে।

তাদ, ঐ অঙাংসি য়োক্চরগে, ঐবু লমলানবি ওইন লৌবিরগনু ।

প্রেমিত ---।

# নুপি

মিওইবগি লাইবক্ কনানসু খংদে। মসি হৌনসানি। পোইনু থাগি পান্খৎলকপ অয়ুকনি। লৌকুমনরুব মিয়াম্ য়ুম্ কানরকলে। হৌজিক্তি নুংসাসু নিংথিন থোক্লে। সকখি মনিং পুখ্রিদ লৌকুমলুবৈ ইরুজথোকলি। সকখি স্বাই লাওব্রি খোন্জেল থোক্ন হাইরকই।

· ইস! করিনো সিদি, ইচা থোইগি সেন্দলনিনে।

থুনা য়ুমদ চেনখৎলকই, মনাওনুপি রাধাবু কৌদুন তম্মি। পাখংখিবন মচিন-মনাও মনিং ময়া খা-ব্রাং কোইচেন্ চেল্লি। ফংলকত্রবদ তৌফম্ খংদ্রদুন রাধা কপ্-লাওন কোইন চেনখ্রে। মতৌসিদ লৈকাই তানরকলে, ময়াম চংদুন থিরি। মপাবুং দিপক্তি য়ুমদ লৈতে। অঙকপ নোংদমনি অব্রাবন খম্ থেংখ্রে। পাখং মচা অমন লাওরকই।

থোইসনাদি পুখ্রিদ লৈরে।

ময়াম চেন্সিন্নখি, রাধাদি মিকুপ অদুদ গ্যান মাংদুন লৈমাইদ হাইথখ্রে।

ময়াম ইসিং থাদুন লাইকননৈ। অঙাংদু লৌখৎলগ থুনমক অনক্প লাইয়েংসংদ পুখ্রে। দিপকতি কৈথেলদ দুকান ফম্দুন লৈবনি। পাওদু তাবদ য়াম্ন থুনমক্ গারিমচা অমদ লাইয়েংসংদ চৎখ্রে।

দিপকন লাইয়েংসং য়ৌরক্পদদি অঙাংদু কন্ব ঙমদ্রে, হাইব পাও তাখি। মিকুপতুদ থমোই সোক্খি। মিয়ামবু ইকাইরকেত্রে।

- ইপাগি ইবুংঙো নংদি ইপাবু থাদোক্তুনা চৎলবকো।

ইপাগিদি নংসে পুন্সি অতিয়াদ থোকপ থাজানিনে, নুমিৎনিনে। মতৌদু উবদা ময়াম থমোই কাইনখি। তান্জাদুদ নরস্ অহন্ অমা থোরক্তুনা দিপকপু থেম্জিনবিখি।

- ইবুংঙো নহাক পুক্নিং ফাথৌ, কাইনব হাইবসি পুন্সিগী সরুক অমনি। মসি হিরম্ অমতনসু থৈদোক্লুব ঙমলোই। মৈ চংল-চংলগ সনাগি মগুন্ ব্রাংলকপগুম থমোইদ অসেংবদু উব ঙম্লক্কদৌরিবনি। ঐ হাইবসি আতমানি থব্রাইনি সিব নাইদবনি, অদুন নচা মনিদো অনৌব ফিজোল অমা হোংবতনি।

অসুমন ব্রাহৈসিংসি তারব মতুংদ দিপকন থব্রাই য়াওদ্রব মচাবু পুদুন ময়ুমদ হল্লক্লে। ধরম্গি মথৌ-মঙম ঙম্ন পাংথোকখ্রে।

কপ্ন লাওনরমবগি মমৈ তারকপ অহিংসে ইচিক চিকখ্রে। উপাল ব্রাপাল অতিয়া অতৈ অচৎ চৎতসিং ঙমন দিপকখোই অব্রাব ইচেল্লকত য়াওরি। তুম্ব য়দ্রব মচা কাইনরব মমা মপা অনিদু মৈচাক খাংলি। মরকসিদ, রাধান।

- তামো, লাইফম কয়া খুরুমলুরব মতুংদ, ফংজখিব ইচা মনিনি, পুন্সিগী চহিন য়াম্সিল্লকলবদ ইচামনিবু কাইন্রে, অমুক্ ঐগিদি ইমিৎত ইচা উররোই।
- রাধা, পুক্নিং সোন্থগনু, মসি পুন্সিনি।
- নংদি নুপানি, ইচা পামলক্খিনি মতমদুদ,
  ঐবু নহাক্ন করমন য়েংবিগনি।
- রাধা, নং য়ামন চিংনরে, মদো থাদোক্উ।

মনাওনুপি নুংসিরৈন কৌরকপ তাবদ হৌখ্রব থোদোকসিং নিংসিংলুবদু খুদক্ত কাইখ্রে। নুংসিরৈ চংসিল্লক্তুন, চাক্ চাথোক্নব হাইরে। দিপকসু ইবুজথোকলগ কারকখ্রবনি, মখোই পুন্ন চাম্নিহৌনব, রাধা হৌগৎতুন।

- হোই হোই, ফরে চাবুরসি।

নোংঙাল্লমদাইদগি হৌনা রাধাখোই ইমুংসি ইরাং লাংঙি। তৌবগিদি রাধা ব্রিন্দাবন্ পরিক্রমা তৌরুনব লাংলিবনি। ঙন্ন চাক খর চাখিনব লোইনন্ন অতৈ করি-করিনো সিল্লাংলিবনি। অসুমন লাংনরিঙৈদ নোংঙাল্লক্লে। নুমিৎ কুচু সেংন থোরকলে। লৈকাই ময়ামসু লাক্নরে। অঙম্ব সেল্গি মতেং পাংলৈ। নুংসিরৈসু মচেগিদমক্ চেকসিন হোৎনজরি, জাত্রাগি মতম য়ৌরকলবদ মনাওনুপিদ নুসিনা মংগোল্ পিরক্লে।

- ইবেমা, ঐনা ব্রিনদাবন্দগি অমুক্ য়ুমদ হল্লকপদদি ইচানুপা অমা পোক্লমগদবনিকো, নহাকসু ইস্বোর খুরম্লম্মু।

নুংসিরৈ মচেগি থৌজালবু ফিগাও সান ওক্চখি। রাধাবু দিপক্ন অমুক খোংচৎ অসি তেকত-কাইদনা পাংথোক্লুনব মংগোল্ পিখি।

- রাধা নং মংগোল ওইয়ুকো।

অসুমন জাত্রা মতম ওইরদুন রাধা খোং থাংদোরক্লে, ময়ামসু থোংগাল ফাওব থিনদোক্লুই।

মিওইবৈ পুক্চেল অঙক্পনি, অপাইব লৈচিলগুমবনি। মচানুপা অমা ফংজরব মতুং অসিদ নুংসিরৈ মপুরোইববু মহাকতগি ওইনিংলক্লে। রাধাসু ব্রিন্দবন্দগি হল্লকতুন য়ুমদ লৈব থা অহুম-মরি সুরে। নুংসিরৈগি হোংলক্ইব পুকচেলদু রাধাসু খংলে। মসিমক্তন দিপককি মফমদ নুং অনিগি মরক্ত হা হাইবদু ওইররে। মসাগি কৎথোক্পতন থল্লব রাধানি। অমুক্ কাইনখ্রব মচাগি মহুৎ মচা পোকলিবি নুংসিরৈবু হেন্ন খনগদ্র? ইমুংসিদ হৌরকলিব মৈরি-মৈখু

লক্তা রাধা মিকুপ অমতসু সানতি ওইন পোথাব ফংদে। হৌখ্রব থৌদোক্তু অমুক্ নিংসিংলকই।

- তামো, অসুমন লৈবসিনদি --, ইনাওনুপি অমা য়েংবিরো, মদুন পুম্নম্ককি অফব ওইরগনি খললি।
- রাধা অদুবু, ইচাগি মহুৎপুদি লৈরক্প য়াই, অদুদ লোক্ অমদ কৈ অনি কুন্ব হাইবদু থোক্নিদ।
- মদু থবক্ থৌরম্ সিনদোক্প হৈবগি মখা পোললি। অমরোমদ ঐ পুম্নমক্ কৎথোকপ ঙম্গনি।
- রাধা --।
- নং ঐগি ই মালেমসিদ অমত লৈহৌদ্রবদি --,
- রাধা, ঐ নুপি অমা থিবদি ঙমলোইনে।
- তামো, ঐবু নুংসিবিরবদি অদুমন তৌবিরগনু। সোইদন ইনাওনুপি অমা য়েংবিরো।

দিপক্ন কৌরকপদ রাধা খংঙি, অদুগ ব্রাখলদু খুদক্ত কাইখ্রে। লোইন্বিন ব্রাখল নুংঙাইতন উংদুন লৈরম্বদুদ দিপকন।

- ঙসি ওইরকলিব অসিসু পুন্সিনি হাইখিগদর?
- পুন্সি লম্বিদি অব্রা-নুংঙাইতবন থন্বনি।

থমোইদ ফাওনরিব ইথিল, ব্রাফমসিং অদু ফোংদোকনদ্রবসু লোইন খংনখি। পুন্সিনি পেনথোক্নরি। তুংদ মাংদ চাকসংদ চংমিনখি।

নুংসিরৈ হেন্ন খোইসাওনখ্রে, হোৎনবুব পুমব অরেমব তারে। মখল-মখা কয়াগি পোরম্ সিনখ্রবনি অদুবু মচে রাধাদি য়ুমসি থাদোক্তুন চৎখিদ্রে। মতৌদু রাধা লোইন খংঙি। অদুবু সাওরুব লৈতে। মচানুপা অমা ফংজরবদ। মতাংসিদ ঙক্লিবদি নুপি অনিগি পুক্চেল খেনবসিনি। ঙসিদি দিপক্ কৈথেলদগি ঙন্ন হল্লকই। মপুরোইবন থৌনা লৈতবননি খন্বদ নুংসিরৈ মনাতোনদু কাম্ব হেনগৎলক্ই। মতৌদুদ,

- নংসে ইবেমা ইনাক্খুনগদব মানদে।
- কনানবু, গ্যান তাদব মিগ লৈমিন্নবসিদি,

অওক-ওকথোংগি লাল্দুদ ইমুংসি পুম্লাং লাংঙি। পুম্নমক্সি থংনব কাদ রাধা লোইন তাই। অদুবু রাধা থওই-ব্রাওইরুদে। মমৈথংদদি নুংসিরৈদু মচিন্ কল্লি হাইদুন দিপক্ন ফুবিরে। চৈনা খাংব ওইন মচিনদদি অমুক্তোইব লোইরে। খামলুদ্রবদি য়ারোই হাইদুন রাধা চংলক্ই।

- **ফরে তোক্পিরো,**

  **অসিগুম্বসি অমুক্ থোক্তনব ইস্বোরদ থৌনিজসি।**

- **মসিদবু কনাগি ইস্বোর অমুক --** ।

নুংসিরৈগি মতৌনে, দিপকতু সাওরদুন মপান্ থোকখ্রে। রাধাসু কাদগি থোকখ্রে। নুংসিরৈ ইপেন পেন্খিদে, অমসু-অমসু ব্রারৌখি। অমদ-অমদ মরাল সিজিনখি, মসাবুদি অদুমক্ চুমন লৌজখি।

থেংলব অহিংনি, মদোম তরক কাদুদ রাধা ব্রাখল তরেৎ-তরা থোক্ন খল্লি। ঙসি মহাক্ন ফংলিব অব্রা-মৈচাকসে কনাদবু তাইসিল্লুগনি। মান মমাংগি মপোকত তৌখিব করম্গি ফলনি। সোইদন মবুকথোককি মচাবু মিরাইরমগনি। মপুরোইববু থওইদন তৌরম্গনি হাইদুন খন্জখি। কনান থি, কনান ফজৈ, কনান লাইরৈ, অমন ইনাক্ খুললি, মিওইপোক্তবু নুংঙাইনিংদব কনা লৈবগে অদুবু কনানদি তম্ব ঙম্দে। খন্ব য়াব খল্লুরগ, মসাগি ফিরোপ্ অমা লৌজখি। সোন্থাংন্ন সোল্লকই।

- ফরে ঐ য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রগে,

  ইমুংসিন সানতি ওইজহৌনব।

ফম্মাংদ থারিব তেবলদুদগি চে কলম্ লৌদুন করি-করিনো ইদুন থমমি। লোইন্ন ইমুংসিগি মিওইসিংবু অরোইব ওইন বিদাই পিরক্লে। মতমসি নোংঙাল্লমদাই ওইরক্কদৌরে। রাধা ইংন চিক্লব মালং ইপোম্লক্ত ইমুংদগি মপান্ থোক্খিদুন কোন্থোং ব্রাংমা লান্থোক্খ্রে।

ঙসিদি রাধা থেংলফাওবদ য়াহৌরক্তে নহান্ মখৈদি ঙন্ন হৌদুন ইরুজথোক্লগ ধুপ্ থাওমৈ থান্বনি, মতৌসিদ দিপক্ চিংনরদুন রাধাগি

কাদ চংলকই। ঙক্‌খিবন মসা পুম্‌ব নিংকখি। কোইন থি, কৌদুন য়েংঙি, মফংদ্রবদ করি-করিনো চেদ ইদুন থন্‌মব্রা য়েংঙি। মিকুপতুদ তেবলদ তারিব চেদু উরে, লৌখৎতুনা য়েংঙি, রাধান ইরমমি,

*তামো, ননাও নুপিবু বিদাই পিবিরো, ঐবু থমোই সেংন নুংসিবিরবদি ঙসিদগি ঐবু কাওব ঙম্‌ব ওইবিয়ুকো। ঐ কনাবুসু ৱারৌব লৈত্রে, জিব কয়ান মলৈমদ মখল মথা কয়াগি মশোক্‌ত পোক্‌লরি, মথাংগি মপোক অদুগি মতুং ওইন ইস্লোরন দন্‌দি পিরিব, মসি ঐ থাজে, অদুন ঙসি ঐন অমাব কয়া মাইরোক্‌লজবনি মসিদ কনাগি মফমদসু নিন্‌দা তৌবুকম থোকপগে। ফরে, তামো অমদি ইনাও নুসিংবৈগ লোইন্‌ন ইচা কোমলগি পুন্‌সিদ য়াইফব ওইসনু।*

নহাক্‌কি

রাধা

চিথিগি মরোলসিং পারুরব মতুংদ দিপক থমোই সোকখি। মিৎলুদ পিরাং ইহৌন রাধা কাইনবৈ মৈচাক খাংজহৌখি।

হনদক্ রাধা য়ুম্ থাদোক্‌তুন চৎখিব অসিদ লৈকাই ফাওব য়াওন অৱাবসি সরুক য়াখি। থোইন দিপক্‌কি মফমদদি খাংব ৱারব চৈনা অমন থমোইনুংদ তাদুন লৈরে। অসুম্‌ন নোংম নোংম হৌখি থা অমা হৌখি চহি অমা অনি লানখ্রে। মিওইবৈ পুন্‌সিদ অৱাব থৌদোক্ কনানসু মাইয়োক্‌ননিংদে। অদুবু কনানসু থৈদোকলুবদি ঙম্‌দে। ইস্লোরগি নোংদম্ কমানসু খংদে। ঙসিদি দিপককি ইমুং তৌবু তৌরুব পুন্‌বদ ঙম্‌ন অরেম্‌ব ওইরে। মসিগুন খমথেংন লাইরব ইমুং অমা হাইবদু ওইরম্‌লে। মচানুপা কোমলসু চিক্লেং-চিক্লেং নাথিবন ইমুংসিদ সিকি অমকাও ত্রব ঙমদ্রে। মাইয়োকদ কিদা য়াওদন ফমজিব অপুরোইবগি নাক্‌ত নুংসিরে চিনি থাওদব চাওাং গ্লাস্ অমা পুরক্‌তুন পি, চাদু অমুক্‌তং চিংলগ দিপকন,

ঙসিদি চিনিগি মহাও খংলবসু চাজমসে হৈনরে।

অহাওববু পামদব কনানো?

- অসুম্নদি তৌরমদেদন ইমুংসে।

মথমোইদ মচে রাধাবু নিংসিংলকই, খোনজেল তপ্থরগ,

চাওরব দোস্ অমদি লৈখি। ইচেদো ফবনিদ,

ব্রারক্লব কান্দ ইস্থোর নিংসিংলকই হাইবদুনি।

- নথমোইনবু চুম্লকলব, খাংসি ব্রাজসনু।

মতমদুদ নচেন ব্রাজরমগদবদো --।

নুংসিরে মপুরোইবগি মখোং সোকন খুরুমুজরগ;

ঐবু অমুক্ত ঙাক্পিয়ু।

ফরে, হৌথ্রবদি হৌথ্রসনু,

নচেদো ঙসিদি মিয়ামগি সেবাদ কৎথোকলবি অমা ওইখ্রবনি।

## জোই

নোংমা জোইন পুংকক্ চাওবকপ অদুব্রাইদ মপাগি নাক্ত চংলুই। মতমদু মপাখোইদি চাক্সংদ চাক চাবগি ইবাং লাংলম্মি। থোংজিনদগি চেপ্থদুন য়েংবদ মনাওনুপা তোম্বগ পুখম্ অমতদ চাক চামিন্নবদু উব্লুই। মিংকুপ্তুদ খল্লুই ঐদি নোংমতসু অসুমন পাবুংগ চাক চামিন্নব কংজখিদে, করিগিনো ঐবু উরফাওবদ কৌসিল্লিকত্তিবা মতমদুদ মমাতোন্ন মাবু উরবদ মনাক্ত চংসিল্কতুন।

হে অঙাং চংলো,

নংদি নপাবুংগ পুন্ন চামিন্নব য়াদ্রে।

মহে ঐদুম জোই মথক্লাই নুংঙাইতম অগোকপি মমাগি-নাক্ত চেনগ্রে। হন্তক মচানুপাম নুংসুক-নুংসান্নবগি মরমদু ঙসিত থংলে। অদুবু থোইন লোন্নবিনি হাইদুন খংন-চৈনবুব তৌরুদে। মদুগি মহুৎত মচা জোইবু গ্যান লৈনব হাইদুন পাওতাক কয়া পিরি।

- পুম্নমক্ অরেমবনি, ইস্রোরবু থাজৌ, অদুগনে,
মিয়ামন সিংথানব, মহৈদ-লৌসিংদ মকোক থোংব
মি অমা ওইনব হোৎনগদবনি।
মতমদুদ নংগি মি ঙাক্ত ওইরক্কনি।

মমাগি ব্রাহৈসিং অসিন মপান লুন তৌবিদবগি ব্রাফমদু খরগি মথৈ কাওখ্রে। মমাগি য়াথং ইনদুন ওজা দয়াননদগি নাক্ত চৎতুনা পুকনিং চংন মহৈ তমখ্রে। মহৈসংগি অব্রাৎপ কয়া মেন্খৎপিরবদ ঙসিদি জোই মিকোক্ থোংলে। নোংমা ষুমদ ওজা দয়াননদন পাওতাক কয়া পিখি।

মহৈ হাইবসি অথোইবনি, মঙাল্গি মসকনি।
মহৈন মপুংফরব মিদু ইনাক্ খল্লবনি লম খুদিংম্কত।
পুক্নিং চংঙু, কিগনু থৌনা লৈয়ু।

ওজাগি থৌজাল্দৈ জোইদি ঙসি মপুংফব মি অমা হাইদু ওইখ্রে। মমা মপান লুন তৌবুবদগি তোনান্খিদুন ঙসিদি তোমব মহৈ-মসিং অতৈ হিরম অমতদসু মপুং ফাদ্রে। অমরোমদদি মপুরোইবন চানব নুপিগি মচানিন মপাগি অয়ামব মরনসিং অদু তোমবগি খুৎত তাররে। মসিগি অচাওরমদ নহাওইবগি পুকনিংবু ফাথহৌদদুন ঙসিদি তোমব য়ু, য়ুব্রারদ লাইচুখ্রে। মমা মপাগি মরন-মথুম মচাওইবসিংন চপ্ মান্ন ফংগদবনি হাইব খংলবসু জোইদি লন-থুম্গি অখুব মিয়েংদ চংলুদ্রে। লন্ হাইবসি মহাককি মফমদদি মতম খর সংলমবনি, মপুদি ঐখোই ওইরমদ্রে, ইস্রোরন ওইরমলে। মসিগিদমক করিগি পুকনিং ব্রারুগনি, খনদুন মনাওনুপান ওইখিবদ অদুম্ পেনথোক্লি। সোম্দন কমদৌরি লৈকাই ময়ামনদি জোইতবু সিংথানৈ, নুংসিনৈ। অবুব ব্রা অমা লাকপদ মাগ তান্নৈ। মসিনসু মমাতোনগি মফমদদি হেন্ন খোইরাং-খোইসাওনহললি। লাইবক্ অসি কনাসু তমলুব ঙমদে। জোই য়ু: পি: এস্: সিগি এ আই এস্ পরিখাদ মাইপাক্লদুন ঙসিদি এস দি ও ওইন মতম খরগি প্রোবেসন্ পেরৎ ওইন পুরি। মতম খর লৈরগদি

দি সি ওইরক্লগদবনি। ওইরকলিব ময়াম্সি উবুরগ মপাবুংগি থমোইনুংদ ব্রাখল অমা লাক্ই। মচা অনিগি খেনরকলিব মতৌ, ইস্বোরগি থৌজাল, খন্থবুরগ মথমোইদ পেন্জখিদে, অতোমবিগি সরৈদ ইবুকথোককি ইচাবু মিরাইবুইদ, ঙসি মহাক্তি মরোমদোম্ লেপচব ঙমখ্রে। অদুগ লুন তৌজব ইচা তোমবদি করি থোকলে। তান্জাসিদ মমাতোন্ চংলকতুন জোইন য়াইফরকপ উবুরগ কল্লক্ খম্বল্গি মৈরিলক্ত মচা তোমবসু করিনো অমা তৌবিদুন মি-ওইহৌনব সিনন্ব তান্নসি হাইদুন মপুরোইবদ ইসৌ তৌরে। মতৌদুদ মপুরোইবগি পাওখুম ওইন,

- নংন ফনব সিললোনে, ঐবু কৈদৌখো হাইরিবনো,
  ঐদি নংন হাইব ইনবনি।

ব্রাহৈসিদ মমাতোন সাওনিংঙি অদুবু করিসু মখা তারমদন ফৎ খু-খু কামদুন থোকখ্রে। মতৌদুদ মপুরোইবন খল্হৌরি, হে নুপি ওইবি নখোইসে অঙকপনিদকো! অমুক্ ঐগি নুপি অনিসে কয়াদ খেনখ্রব অমন ঐগি ইরন্দ মপু ওইদুন দোলাই তোংদুন পাল্লি। অমন মপুরোইবগি মিনুংসি অমতসু ফংজদন, অমুকসু সেলগি মতেং ফংদন কৈথেলদ পোৎফম ফমদুন মচা সেমলকই। ঙসিদি পুমনমক্ উরে, মহৈ চারে।

জোই মমা মচা ওফিস্ কারমদাইগি হরাও-হরাও চাক্ চামিননৈ। মমান মচানুপাদ ব্রাফম্ অমখক সিন্নজৈ, নপাবুং নমাতোন অমদি ননাওবু লুন তৌগদবনি। মখোইসে নংগিদি লম্লানব নংতে। হাইব ইনব মচনিন মমাগি ব্রাদু লৌরি, মরক্সিদ তোমব চংলকই, তৌবগিদি মহাক মমাদ সেল পিয়ু হাইবুবনি। অদুবু পিরকতবদগি নিসাগি ময়াইন কনখিবন য়াম্ন হৈনিংদন ময়াম্বগি নাকত অমুক হাইরবনি। হরাও-হরাও তৌবিদুন লুপা চনি পিখ্রে। মহাক্ মপান থোকখ্রে। মমান সেল অসি নিসা চানবনি হাইদুন জোইদ খংহললি। ব্রাফমসি জোইসু খংলম্মি অদুবু পিদ্রবদি ব্রারৌথিনি হাইদুন পিখিবনি। তোম্বন ওইরকলিব

ফৎত্রব মতৌসিদ অপোকপি মমাদি নুংঙাইজখিদে। জোইদি মমাতোন খোইন মাবু নুংসিদ্রবসু মখোইবুদি মান নুংসিবুদব ঙম্দে।

এস দি ও ওইন জোইন থেলনৈ দিস্ত্রিক অসিদ লৈরকপদগি ঙসিদি লমদমসি চাওখৎ-খোংথাং থুজিল্লকই। সরকারন থাদরক্প সেলদু মরকত চোইথোকতন মসামক্ য়াওন হোৎনদুন থিকা সিস্তেম্ লৈহদন খুন-খুনগি খুনজাসিংগ খুৎসম্নদুন থবক্ পাইখৎলকপ অসিন লমদম অসিদ লমবি থোং, ঈথৈ লৌখোং, মফম চাবদ লাইয়েংসং, কৈথেল, মহৈসং কয়া মতিক্ চান সেমগৎলে। মসিন ময়ামনসু য়ামন হরাওরে। থকন্ব অফব ইসিং অমদি গ্রিন্ রিভোলুসনগি অনৌ-অনৌব পোৎলম্ কয়া ফংহললে। মসা-মউ ফন লৈনব সান্নফম মতিক চান সেমলে।

নোংমা থাজদন য়ুমদগি ফোন লাকপদ জোইন পাইখৎলুই। খুদকত রিসিভরদু থাদখি-করি, তোমব য়ু বেনদরদ খুৎথোকনবদ সোকতুন লাইয়েসংদ পুখ্রব। থুনমক জোই চৎখ্রে। মফমদু য়ৌবদ মনাওগি থব্রাই য়াওদ্রব হকচাংদু অঙৌব ফিন কুপ্তুন লৈরমমি। মনাওবু চিংন য়েংদুন থমোই সোকন খাংজখি। মনাওগি হাকচাংদু নিংঙমদ নিংঙমদ ময়ুমদ পুথখ্রে।

তোমব লৈখিদব অসিন ঙসিদি ইমুং অসিদ কোক চিক্নহল্লে। মিয়ামদগিদি জোইগি মফমদন হেল্লিবনি। তৌবগিদি তোমবন সিখিব অসি য়ু-য়োন্বি অদুগ মরি লৈনৈ লৈনদে হাইবগি ব্রাহৌদগি খুৎ য়াওনরক্তুন কোক্ত চৈন পানবদনি। হৌজিক্ মিয়ামন আসা তৌনরিবন জোইদি অচৌব মিনি অদুন মনাওগিদমক্ করিনো খর তৌরকপ য়াই অসিনি। অতাংসিদ জোই ব্রাখল তরেৎ তরা তৌরি।

- মিন মিগি মথকত লমন্ সিংগদ্র ?
  আইনগি মতেং লৌগদ্র?
  লুপা খরন মিগি মহুৎসিনব য়াব্র ?
  অরেমব ঙাকতনি পেন্থোকলগন ইমাতোন্ন করি হাইখিনি।

*অমমবদ (১৬)*

ৱাখল অসিন তৌফম্ খংহনদ্রে। জোই তরং অমদ লৈখ্রে।

জোইন তুমিন লৈখিব অসিদ লৈকাই অমদি মরুওইন মমাতোনদি খম্থেংন ৱারৌরে। তৌবগিদি জোই তুমিন্ লৈখিবদি নংতে। করি তৌসিগে ফিরেপ্ অমা লৌনব খললিবনি। মান মতম পুমবদ থাজে, সিব-চংব হাইবসি ইস্বোরন ঐগি লাইবক্ত চিংখ্রব লৈই অমনি। অসিবু সেমদোকলুব য়াগদ্র। অমুক লমন্ সিংলিবনি হাইদুন সেল্বু ওইরো অইন্নবু ওইরো পাংথোকলসি। মতুংদ ইনাও তোমবদু অমুক হিংলকখিগদ্র। কানদব ৱানি, অদুবু ফিরেপতি লৌদ্রি মমাতোনগিদমক খন্দুন। সোমদন কমদৌরি মমাতোনন ৱাকৎ কয়া মপুরোইবদ থাংগৎলি, হেক পোকমিননব মনাও ওইরবদি অসুমন লৈফম্ থোকতে।

মখল্ মখা ৱাফম্ কয়া তৌখ্রবনি। মাদি ময়ামগ মান্নদবনি, মান করি খল্লিব কনাসু খংলোই। ফরেনে মান হোৎনবিরকত্তে হাইদুন ৱারৌফম্ থোকপ্র, ইকাইব ৱানি, ঐখোই মাগি মফমদ য়ামন লানখি, মদু খংদুন ইস্বোরন দন্দি পিরক্লিবনি। অসুমন লোইনবিবু থেমজিললি। করি খল্লুরবনো তুমিন হৌগৎতুনা মমাতোন চৎখ্রে। জোইসু মাগি কাদ ৱাখল তৌরি। অপোকপি মমা চংলকই। মনাও নুপাগি মতাংদ মান তৌথোরকলিব অতৌদু য়ানিংদে হাইররি। মখাতান অমুকসু হাইরকই।

- ইমাদি মিয়ামন হিংনরিব মহিং অসিদ হিংব পামমি।

ৱারব মতমদ পুন্সিগি মসক্ খংলকই। মমাতোন্ পুন্সিগি মরমদ নুংগি ওইব ৱাখল কয়া খল্লুরে। ঙসিদি জোইন পামলিব অসি করিনো হাইব ইংগিৎ খরদি খংব ঙমলে। মপুরোইবন জোইগি মরমদ হাইবনে, মসামকন জোইগি মরমদ মুন্ন য়েংদুন নৈনবদ সিব হাইবসি, মিওইবগি খ্বাইদগি তমথিব য়েকনবনি, হাইদুনসু সিংনদুন নানথোকলুব কনাসু ঙমখিদে, ইস্বোরন য়েকখ্রব পংথৈনি। অসুমন মচা জোইবু থমোইদ তাথিরমবদু অসুম্ অসুম্ হন্থরকই। অমুকসু মওন-মওন

খল্লুই।

- ঐসি ইচা জোইগি মফমদা য়ামন লানখি,
  মপা ওইবগি মচাসিংবু নুংসিজব ইচেলদু নাথৈহনখি।
  অদুননি ঙসি ঐন ইচা কাইনবৈ মৈচাক ফংলরিব।

অসুমন ব্রাখল অমদ তাওদুন লৈরিঙৈ, জোই চংলক্তুন মনাও লৈখিদবগি মতাংদ করিনো অপামবদু তাকপিরো হাইররে। ব্রাহৈসিদ মমাতোন খোলজেল থোকন কপ্লগ।

- ইবুংঙো ইমা পেললে, ঙসিদিনে ইমাসু গ্যান লাকলবনি।
  ইমাংদ অমুক লেপ্লরোইদব ইচাদুগিদমক কনাদসু দন্দি
  পিরগুমসি, ঙমন অরেমবনি।

ব্রাখল্ হোংলব মমাগি মতৌদুদ জোই মমাগি মখোংসোকন খুরমদুন ইমা নচাবু নুংসিবিয়ু। মচাবু নুংসিন কোন্খৎপিদুন।

- নংদি মতম পুমবদ মাই পাকপদ ওইয়ুকো।

অমুক মকোকত নান্থদুন মংগোল্ পি। ঙসাইদগি মতৌদু লোন্ন য়েংলিব মপুরোইবদো লোন্ন মিৎলুগি পিরাং তৈথোকচৈ। অমুকসু মচাদ হাইরকই, ইমাসে নহাককি নফমদ মাইথিরবনি। মমাংদ ইমান নফমদ য়ামন লানখি। মমাতোনগি সোনথরকলব মতৌদুদ করিগি অদুমন নচাদ তাকপিবনো, মমা মচা অনি নুংসি ইরিকলকত পুকমেন পাওমেনবদু উরুবদ কয়াদ মপাবুংন হরাওজরিব। তানজাসিদ নুপি অহনসু মপুরোইবগি মনাক্ত চংলক্ই। অদুগ মহাকপু ইনথোকপিবদো তৌবিরগনু হাইজরকলে। মোমোন নোকলদুন মপুরোইবন,

- করিগি অদুমন তোনথরুগনি।
  পুমনমক ঐন গ্যান ব্রাৎলুবননি।

# চৈথেং অমা

হেক্ উবদ পুক্নিং চিংসিল্লব য়ুমনি। থোংগাল মনুং চংসিল্লকপদ হুইজাও অনিদু চেংথোরক্তুন অতিথি ওইরিব অকাস্কি লমবি থিংঙি। হুই খোংব তাবদ নেপালি মচা বহাদুর চেনথোরকই, অদুগ খাম্লৈ। গ্যান লৈরব লাব অনিদু মিনৌদুদ তিংঙক্ তিংঙক্ য়েংদুন লৈ। নুপাদু লাক্পগি ময়ম খংলবদ মহাক্পু মনুংগি কাদ পুসিন্দুন ফমহললি, অদুগ মবুংঙো দোকতরদ পাও পিবুই। দোক্তর থোরকতুন অকাস্কা ফম্মিনরে। বেভার লৈন হংজৈ।

- তামোগি মিং দা বিনাস ?

মাননি হাইদুন খুমলকই, অমদি মরমসু হংঙি। অকাস্ কি হংগোইন মখা তাজৈ। দোকতরগি কাইনখ্রবি লোইনরমবি মিরনাবু লান্ন উথিবদু মহাকতি লান্দবনি হাইজখি। ব্রাফমদুদ দোকতর য়াম হৈনিংদন, অকাসপু কনানো হংলকই। অমদি হিরমসিদ করমননো হাইদুন চিংনব মতৌ উৎলি। অকাস্ মসাবু মসক তাকচরগ মিরনাগি হৌখ্রব ব্রারিদু দোকতরগি মফমদ লিরকই।

অকাস্ কোনুংমমাংদ লৈব মাগি মাম্মগি য়ুমদ মহৈ তম্নব লৈবনি। মসক ফজৈ, সবান্ চুম্মি, মসা ফৈ, মহৈদ পুকনিং চংঙি। মসিদ ওইরিগদ্র য়ুমথংনবদ লৈবি মিরনান মাবু থমোই সেংন নুংসি, পামজৈ। ইংগিৎ কয়া অমসু উৎখ্রবনি অদুবু অকাস্নদি থওইবিরক্ত্রে। য়ুম থংনব ওইবনিন তোইন উনৈ থেংনৈ মসিন মিরনাগি থমোইদ নুংসিগি ময়াই ব্রাংলকই লৈতফম খংহনদ্রে। নুংসিবন ঙাওরবিসে নোংমগি কৌন ঙাংনহৌনব তানজা ঙাইদুন লৈখ্রে। নোংমা মিরনা অকাসকি কাদ চংলকতুন অংক হোৎপিনব হাইরে। মতৌদু অকাস্ হৈনিংদে, অদুবু লৈখাদু লৌদুন য়েংঙি। ফম্মু খোৎলু হাইদব অকাস্কি মতৌদুদ মিরনা ব্রারৌজখি। অদুবু মথি ফোংখিদ্রে। অংকদু হোৎলগ পি, হরাও-

হরাও ফরে হাইরমলগ মিরনা থোক্খি। অমুক লৈসিল্লক্তুন করিনোম ৱাৎলিবগুম অকাস্কি নাকত লেপ্লরে। অর্থা লৈন অহোৎপ অংকদু য়েংলুনব অকাস্ন হাইরকই। হোইদি হাইরগ মিরনা চৎতে। মখা তারক্কদব ৱাদু খংলবদ অকাস্ন, নুমিদাংনি মাসু লাইরিক য়েংগদব লৈ হাইদুন অমুক্কসু চৎখিনব খংহললি। মিরনাদু মথমোইদ নুংঙাইত নুংঙাইতন অদুম মপান থোক্খ্রে। মান হনখ্রবদ অকাস্ ৱাখল্ তৌৱি ঐদি খুংগং মচানি, লাইরব ইমুংদগিনি। অমুকসু মহৈ তমলিব সাত্রনি, মতাং চাদে কান্নদব ৱানি।

যুম থংনবনিন মচিন্ মৌপ্বাগুম্ মখোই অনিসে লোইনৈ, চুমমি মিরনাতনি মরৌ থাংলিব। মতৌ অসিদ মিরনা পোকপি মমান চিংনরিব। ঙসিগী থাবলসে নিংথিখ্রে। পুকনিং হুনবগি মসক্ ওইরে। মিরনা খোইগি ঙা থোংঙি হাইদুন অকাস্কিদমক তেংগোৎ অমা পুদুন মিরনা থোরকই। মতৌদু খংলদুন মমা থোরকতুন খাম্খি। অদুগ মচাবু গ্যান লৈয়ু, মপান মঙোনদ আসা চাওন থমলিবনি হাইদুন খংহললি। মমাগি ৱাদু থওইরুদে, মতৌদুদ মমান তিন্ননু, সংগ তৌনিংদে ৱা লোইরে। সাওনিংন মিরনা চৎখিগে তৌই। চেনসিন্দুন মচানুপিগি মখুৎতৈ তেংগোৎতু তাপ্ মুনদুন হৈদোক্খ্রে। মমাবু চিংন য়েংদুন মিরনান, নহাকসু নুপিনিকো হাইরমলগ কপ্ন-কপ্ন মাগি কাদ চেনসিনখ্রে। মমা মচান তৌরিব মতৌদু ঙসাইদগি মাগি কাদগি উরিব অকাস্ ৱাখল ফুংবংনরকই। ইচম চমজব মাগি পুন্সিবু অমোৎপ তৈসিনবিরে হাইদুন ঙসিদি মথমোইদ সাওনিংব, কপনিংব অনিমিক্ পুন্ন পোক্চখি। অহিংসে ৱাখলগি সরৈদ তুমথব য়াদন হৌখি।

মিরনা মমা লৈতব তান্জা য়েংদুন অকাস্কি কাদ চংলুই। মতৌদু য়ানিংদে অকাস, অদুন নহাক অঙাং নৎত্রবনি, ঐবু মিন ফৎতন লৌখিনি। ঐ মহৈ তমলিব সাত্রনি --। ৱাহৈসিং অসি হাইরমলগ অকাস্ মমাই লৈথোক্খি। মহাক তসেংন মিরনাবু তাথিখিবদি নৎতে। মিৎলুদ পিরাং ইহৌনন মিরনান,

- নহাকক্কি থমোই কন্মললি, ঐ অসুমন নোংমতসু খল্লুদে।
ঐ নহাকপুদি নুংসি। মখোং মখুৎ পুন্সিন্খ্রব জিব অমগুমন।
- ঐবু থমোই পান্দব নুংগি মুরতি অমগুমনসু খনগনু।
ব্রাহৈসিং অসিগ অকাস্ মখুৎ তিংথোকতুন মিরনাগি সিনথরিব পিরাংবু তৈথোকপিখ্রি। মিকুপ অদুদ থমোই অনিদো করি খন্নরিগনি খংদে। অঙকপ মতৌনি মিকুপ্তুদ মিরনাগি মমাখোই ময়াম্ চংলকতুন সাওন মমান,
- হে নখোইবু সারানে।
ময়াম মরকতগি অমন ফুনে হাইদুন লাওরকপদগি, সাগৈগি মবুং মৌপ্পাসিং ময়াম চংদুন অকাস্পু ফুবিখি। মনাতোন্দগি সিন্থরকপ অঙাংব ই-তন মতৌমা ওইখ্রে। সোল্লবি মিরনানদি অকাস্পু কন্জব ঙমখিদে। খোনজেল থোক্ন কপচখি। মরকসিদ অকাস্ন,
- হাহবিয়ু ঐগি ইরালবু করিনো?
ময়াম লাংনরিবদু তারকতুন যুমজাওদগি থোরকতুন ময়ানুপাগি নাকত মনেগ মাম্মগ লাকই। তৌরমলিব মতৌদুদ সাওন চৈরকই, করিগিনো মখোই ময়াম্ চংদুন ফুবিরিবসি, নখুৎ লিংলেনে নখোই, মিরনান ইমুংদ লৈরমবগিবু হেকত ফুবদি চুমদে। করিগুমব অঙাংসিন ফৎত নুংদ থোকলবদি নখোইগি দায়নি হাইদুন থিন চৈখি। ময়ামদু তুমিন্-তুমিন হন্নখ্রে। ময়ানুপাবু অসোক অপন্ য়েংসিনবিরগ মনেন ব্রারিদু নিংথিন হংদোকলে। অকাস খোনজেন থোকন কপথোকরখি। মরক্তুদ মামমনসু অকাসপু থেমজিনবি। অমুক্ মখা তারকই,
- মহৈ তমব লাকলিবনি হাইবসে কাওগনু,
হাইরমলগ মনে মাম্ম অমুক থোকখ্রে। মতাংসিদ ব্রারি লিবদুসু লোইসিললি। দোকতর ব্রারিসিংদু তারগ অকাস্কি অপামবদু হংলকলে। অকাস্কি হৌজিকপু করি খনবিরিবগে হাইব পাওখুমদুদ বিনাসন মিরনা মখোই অনিগি হৌখ্রব ব্রারিসিং অদু সমপৎন পল্লকই, মহাকপু চিংনদুন লুহোংবগি অহিংদু ঐ ক্বাতরদ লেকখি। মাবু হন্ন

য়েংখিদে অদুন মঙানি চাককৌবদ মপাম্‌দ লৈহৌখি। নুমিৎতুদ নুপা ময়ুমগ নুপি ময়ুমগ অচৌব লানজাও অমা থোকখি। নোংমা নিনি চোন্‌থরগ ব্রা লোইসিনব নুমিৎতুদ মিয়াম অমদি প্রধানগি মমাংদুদ উৎখিব মহাককি চিং লেম্‌লব ফিরেপতো নিংসিংলি, মিরনান হাইখি,

ফরে পুম্‌নমক্‌ নেমথবিরো।

ঐগি অসেংবদু ফন হাইজদুনসু থাজবিররোইদবনিন ঐ ইসান খাইনবদু য়ারে। মঙোনদ অমুক য়েৎলরোই। মাতনবু নুংঙাইজখ্রবদি ঐগি ইজৎ তারে হাইদুনসু ঐন মাঙোনদদি করিগুমব পোৎলুম অমতসু থোংগৎচররোই।

মিরনা মমাবু চিংন য়েংদুন খোনজেল থোক্‌ন কপ্‌লকলে ইমা, নহাককি য়াথং ইল্‌লুবগিদমক ঙসি চৈনাসে ফংলেদো। বিনাস্‌ অকাস্‌পু য়েংলদুন, মিকুপতো ঐ থমোই নৌরকখিদব নৎতে। অকাস্‌ন চিংনরমব কয়াদু কোক্‌লবনিন মিরনাবু লৌসিলবিরো হাইরকলে। ব্রাফমসিদ বিনাস ব্রাখল তৌরগ হাইরকই। হৌজিক্‌ ব্রাফমদুগি তাংকক্‌ অমা হৌখ্রদুন, ঐ লুহোংনব মতম লেপ্‌খ্রবনি। মখা সমথরদুন নেপাললি মচা বাহদুর কৌদুন অকাস্‌ত মাগি লুহোংবৈ বারতোনদু উৎলি। অকাস্‌ মাইথিরব খোংচৎ অদুগি পাও করমন মিরনাদ তমলুগনি খনবদ মতোমত ইকাইজব পোকই। অসুমন দা. বিনাসপু বিদাই পিরমদুন অকাস্‌ মাগি নৌন হোংদোরকপ ভারাগি লৈফমদুদ ব্রাখল্‌ নুংঙাইতন হল্‌লখি।

তরাইন তমথোকপ ঙমদন তমলকপ পাওদুদ মিরনা ইকাই নুংসি য়ানখি। হন্‌তক্‌ অকাস্‌ন দা. বিনাস্‌কি মনাকত চৎলুবসি মিরনাদি য়ানিংখিদবনি। অদুবু অকাস্‌কি অনিংববু কাইহন্‌নিংদদুন --। অদুগ ঙসিন খাংব ব্রারব চৈনা অমন মহৈ ওইররে। মিরনা মিৎলুদ পিরাং সিন্‌থরকই। পিরাংসি বিনাস্‌না মাই ঙাকলক্‌তবগিদি নৎতে, অকাস্‌ন ফংলিব ইকাইব অদুগিদমক্‌নি। অকাস্‌ন পাও তম্‌লমবদ হাইরমব থমোইনুংগি ব্রাহৈ, ঐ নংবুদি নুংসি। ঙসিদি নংগিদমক্‌ পুন্‌সিসে কৎথোকপসু ঙমলগনি। ব্রাহৈসিংদো মিরনা নিংসিংলি। মিরনা খোনজেল

থোক্ন কপ্থোরকলে। তান্জাসিদ মমা চংলকতুন মচানুপিগি মিংকি পিবু তৈথোকখি। অদুগ ইবেমা, ইমা ঙসিত ভাপ্ তারকলেনে। পংলুইদকো ঐসে মমাংথক্ত অকাস্কি মফমদ লংজখিব কয়াদুগি মথমোইনুংদ নিন্দা তৌজখি। অমুক নুংসিন মচাগি মকোকত নান্থবিরদুন,

ঙসিদগিদিনে ইচান ফৈ হাইবদো ইমা অমুক থিংখ্রবোই,

ননিং তৌজরো।

বিনাস্ লাইয়েংসংদ নরস্সিংন সান্নরমব ব্রারিসিংদু খন্ন-খন্ন য়ুমদ হল্লকই। নুপিদু নুপা অমগ চেৎন নুংসিনজরক্খিবনি। ঐখোইদ খোং পাইদেদ খাক্ন হাইজরবদগি অমুক্ত নৎতন অনিরক এবোরসন্ তৌখিবি বিনাদুনেমি। নুংসিনব হাইবসি অহোংব নাই, মতুংদদি নুপাদুন বিনাবু মিরাইবিরম্লেদন। চহি অনি-অহুম লৈরগ মমান থেমদুন দা. বিনাস্ত লুহোংলকখিবনি। বিনাস্ লৈতাফম্ খংদব ব্রাখল অসিদ তাওরিঙৈ য়ুম য়ৌরক্প খংহৌদ্রে। ইমুং চংখ্রে, ফিগ হোংদন সোফাদ ফম্থখ্রে। অমুক্ ঙসাইগি নরস্সিংগি ব্রাহৈসিং অদুন নকোংদ ঙংদুন লৈরে। তান্জাসিদ অনৌবিদু মপুরোইবগি সেবাগিদমক চংজরকই। অদুবু বিনাস্ হন্ন ফাওব য়েংলুদে। ফি হোংন্নব পিসিললি, লোইন্ন করিনো চা-থকনব হোৎনজরককে হংগৎচৈ। অদুবু কোক্ লুমলে হাইদুন য়ারে খুমল্কই। হকচাং নুংঙাইত্রে হাইবদুদ পাখৎচদুন করি কমদৌব হাইবদু হংজে। দা. বিনাস্ য়াম্ নুংসক-নুংজান্ন, ফরে, ঙসিদি ঐবু অমুকত পোথহল্লু হাইদুন তুমিন্ন লৈখ্রে। মপুরোইবনবু নুংঙইগনি হাইরবদি খন্দুন অঙমব সেবা তৌজৈ। অদুগ চাক্সংলোমদ চংখ্রে। বিনাস্ ব্রাখল তৌরি, করিনো করি তৌগনি? চিংনবসি কোক্নব হংলসিরা? অদুবু মাসু মিনি অচুমবদুদি --। অসিগুমব চমম্নব ব্রাখলদ করিগুমব অমতসু পাংথোকতন মতম খর হৌখ্রে।

দা. বিনাস্কি ইমুং মহি লাংলে। মসি মপুরোইবন বিনাবু চিংনবদগিনি হাইবসি খরগি মখৈ খংলে। মিওইব কনাগি অরোনব লৈতব য়াওবগে।

বিনান মপুরোইব বিনাস্ ফংজবদি লাইবক্ ফবনি। মরম কয়াসিন খন্থবুরগ ইমুংসিনবু সানতি ফংলবদি খল্লকলে, অসেংবদু খংনিংন অতম্নন মপুরোইবদ চংজরে। লোইনবিগি ওইরকলিব মতৌদু বিনাস্ খংবদি ঙমদ্রি। অদুবু হান্ন বিনাদ অসেংবদু হাইগনি হাইন ব্রাসকহল্লে। থাজব ফংলবদ বিনাস্ন হাইয়ু বিনা নহাক্ লৈসারিঙৈদ কনাগুমবগ নকনব মরি লৈনখিব্র? বিনা মপুরোইবগি ব্রাখল খংলবদ অরোনব অমুক থমলরোই খন্খ্রে, অদুবু অকিব অমদি লৈরি। মতাংন য়াদ্রবদি হাইদুনি, চুমমি, তামোন চিংনরিবদু। বিনাস্ তুমিন মখা অমুক্ তারকখিদ্রে। মফমসি ইচিক-চিকখ্রে। বিনাসন, মিরনা মখোই অনিন লুহোংখিবগি অহিংদু নিংসিংলগ থমোইদ নিন্দা তৌরকই। অদুগ সোন্থাংনন হাইরকই, করি মতৌনো, কনাদবু তাইনবুগনি। লানজদ্রবি মহাকপু মিয়ামগি পাওথোংদগি লুহোংবগি অহিংদুমকতদ ইনথোকপিখি। ঐ লাইয়েংসংগি ক্লাতরদ চৎখিবনি। নুমিৎতুদ মহাক্ন ওইরমগদব অৱাবদো ---। তাইনফম খংদন নিংদোন্ পোমন বিনাস্ চৈনা খাংজখি। মনিংথুংজদ্রব মপুরোইবগি মতৌদুদ নুংঙাইত্রদুন, হাইবিয়ু ঐবু নুংসিবিব ঙমবিররোইদ্রা? দা বিনাস্ মসাগি পংজখিব মতৌদুদ তাইবংসে অম্মবন কুপসিল্লকলে। অমুক অনৌবিদুন মখা তারকই, তামোগি অপামবদ ননাওনুপিন করিগুম্বদ য়েৎচরোই। পাওখুমদি পিরকতে। পুনসি হাইবসি ইস্বোরন তমবনি হাইন বিনাস খংজরকলে। মাইথিরব লানমি অমগুম বিনাস্ তুসোন্ন পুমনমক পেনথোরকলে, নহাক ঐবু চিংনরগনু, নংসে ঐগিদমকতি ইস্বোরন তমবিরমলবনি। লোইনবিবু নুংসিন মথানুংদ কোন্সিনজৈ। মিৎলুদ পিরাং ইহৌন লোইববিদুন,

- "তামো ---" কৌজখি।

# পন্থুং

থম্বাল চাক্ ইচা চাসিনব য়াদে। য়েন্সাংসু ফন হাওরিবনি। মমান কৈথৈল ব্রান কাবুরগ চাক ইচা চাদবসিদ মচানুপা মনিগি থমোইদ নুংঙাইতব পোকই।

- ইমা, চাক চাসিন্দ্রবদি কৈদৌরবগে?
- কৈথেলদগি অচা-অথক খর চাসিল্লকলে।

মনি মমাগি ব্রাফমসি থাজব ব্রাৎলি। অদুগ মাগি কারোমদ চৎখ্রে। থবক ইংখাং লোইসিল্লবদ থম্বালসু মাগি তুমফম্ কাদ লাকলে। মনি মেট্রিক পরিখা থাগদব চহিনিন, লাইরিক তৌরি। থমবাল্ ব্রাখল্ন তুমথব য়াদে। খল্লি, করি হোৎনদুন হিংব ঙমগনি। কৈথেল ফমবসিনদি চানব, অঙাং মহৈ তমহনব অমদি লৈকাইগি পোয়েং চয়েং অমত কোন্নব ঙমদ্রে। হোৎনরুব পুম্ব মিগি মরন্ তোন্সিন্নব ওইরে। ব্রাখলসিন অহিংসি তুমথব য়াদন নোংঙানখ্রে।

অয়ুক ঙন্ন য়াহৌদুন খ্বাইরমবন্ কৈথেল্ কাখ্রে। পোৎ-চৈ অমুক য়োনব লোইরদুন য়ুমদ হন্নব থৌবাল বস্ পারকিংদ লাক্ই থম্বাল্। মাবু উবদ মফম্দুদ পোৎয়োনবি মিয়াই চল্লবি অমন থমবালসি হিংবদ ব্রারবিনি হাইব খংলে। থমবালবু মনাক্ত কৌসিন্দুন কোম্ন হিংনব লমবি অমা তাকই। ব্রাফমসিদ থম্বাল খোইরাংনব পোকখি। য়ুম্দ হল্লকতুন নুমিদাংগি চাক চাব তোক্লব মতুংদ থম্বাল ফমুংদ হিপ্ন হিপ্ন খললি। অহিংসিদ মসাগি ফিরেপ্ লৌজখি। নোংঙান্বগ মসা কে-মৌদুন থম্বাল ঙরাং হাইনখিব নুপিদুগি মনাক্ত লাক্ই। মহাক্পু উরুব কনাগুমবগি থমোইদ খল্লি, ইস্ কনানো ফজখ্রেদ চুং-ফিরালন চারিব। মপুরোইবদু কয়াদ মরাইবক্ ফরিব চহি কুনথ্রা মঙা-তরুককি মিওইনিনে। চেপ্থ-চেপ্থ য়েংনৈ। মাং য়েংঙি লাংতকনৈ,

তুংউরে কল্লকনৈ, মাবু উরুব নুপাসিং। হাইনখিব মতমদু কাইদন য়ৌরক্লবদ পোৎফম ফম্বিদুন হরাও-হরও তৌবিরদুন,

- ফরে, ফরে, ফম্মু, ফমমু।
- ইনে মসিবু --?
- করিসু নৎতে কৈথেল্নি মসিসু।

মসা নান্ব কার তোংব নুপা অমগ ইরেন্ন পোরম্ সিন্দুন পোৎয়োনবি নুপিদুন থমবাল্বু চৎহনখ্রে। মসি অঙকপ অমদি নৎতে মসিসু পুন্সিনি। মপান্ লমদগি লাক্প সেনজাও পাইব মিওই খরতগ অখন্নন সেল চাওন লৌদুন সংগ তৌরগ ঙসিদি থমবাল্ সেল্ কোমন তান্সিনজরে। থমবালগি ইমুং ঙসিদি খর সাফজরে। মচা মহৈ তমবদসু কোমন তৌজব ঙমলে। মতাংসিদ মনি অমদি লৈকাইগি মিয়াম্ন মাবু চিংনখিদনব থমবাল্ য়ামন চেকসিন্জৈ। অদু ফন ওইদুনসু ময়াম্ন মহাকপু চিংনখিদবদি নৎতে।

মনি তুৰেলপ্ পরিখাদ অহুম্সুব তারক্লে। মমান মংজরকখিব মংলান দোকতর তমবগি খুদোংচাবদু ফংজখি। অদুমক্পু মচা মনিনদি সেল্গি অৰাৎপ লাক্কনি হাইদুন কন্ন য়াজদবনি অদুবু মমান কন্ন হাইবদগি মমাগি য়াথং ইন্দব য়াদদুন মনি দোকতর তমব চৎখ্রে। মতমসিদদি অপোকপি মমাগি নিংব থুংজরে। অমুক ৰাখল তৌৰি ইচান দোকতর তম্ব লোইদুন য়ুমদ লৈত্রিফাওবদি ঐ সেল্ তান্দব য়াদে। পুমনমক সেলগি থবকনি। অসুমন থমবাল্ হিংবগি লমবিদ আসা কয়া তৌজখি।

লমবিসিদ চহি তরুকদি গ্যান্ লৈরবি থম্বাল ঙসিদি সিন্ফমসি থাদোকলগে খল্লবনি অদুবু হেকতমক য়াদ্রে। অদুমনদি ওইরগ মাবু থিরকপ অতিথি ময়ামগি মসিং হন্থখ্রে। করিন হাইববু কচ্চু মঙাল সাম্লকলে। হকচাংগি কয়াৎ ময়াই চমলকলে মসিদ মিয়াম্ন মিরাইরকপ হাবসি তাইবংগি হৌনসানি।

লংফৈদ মহৈ তমলুব মনি যুমদ হল্লকলে। মমান মৈ ওকতুন ইমুংদ চংলিন্নরকই। মনি ইবুজথোকলব মতুংদ মমা মচা মাংগোল্দ ফমমিন্নদুন চা গ্লাস অমমম্তং থকমিনৈ, লোইনন পুন্সিগি ওইব ব্রারি কযা সান্নরি। ব্রাফম কয়া লোইরব মতুংদ মচা নুপাদ মমৌ অমা য়েংনব ব্রা হৌদোকই।

- ইমা, মতম খর য়েংখিসি, সেল্সু থোকত্রি।

মচানুপাগি পাওখুমদু থমবাল পেন্খিদে। মমাগি নুংঙাইখিদব মতৌদু মনিসু খংঙি। নুমিদাংব্রাই ওইরকলদুন কৈথেলদে মনা মসিং লৈবুনব ইমুংদ ফি হোংব চংখ্রে। মনিন খল্লহৌরি, ইমান য়ুমপুবিবসি ঐন অমুক্ মহুৎ সিল্লগে। তানজাসিদ মমা থোরকত্নুন মচানুপদ য়ুম সংলমনব সিন্নরমলগ থমবাল লৈথেল কাখ্রে।

লমদম্সি দোকতর খব তাংঙি। অদুবু মনিবুদি মমা নাইওং চাদে তাইদুন মিয়ামন মঙোনদ লাইয়েংবিবদে। মতৌসিদ মনি লৈতাক্ষম খংখিদে। সেল তানদুনা মমাগি মহুৎসিন ইমুং পুরুগে খনবনি। অমুকসু লমদমসিগি ব্রাৎপদু মেনখৎতুনা মিয়ামগি সেবা তৌজনিংবনি। লোংমা অস্লাই ফাওবদং কোইথোকলুই। হর্নাজিন্লকপদ খোজনুদব থৌদোক অমথক থোকখি। মনি থবাই নুংঙাইতনা মাগি কাদ চেংলকতুনা পোথাখি। লমবিগি থৌদোকত্তু নিংসিংলকই। নুপা অনিদুন ঙাংনহৌব ব্রাফম্সিংদু নাপ্পদ খোনথাং য়ৈবকই, দোক্তব ফন ওইদুনসু ওক্তবিগি মচানি, কৈদৌঙৈদ মঙোন্দদি লাইয়েংলোই। নুপা অমদুন খুমলকই, চুমমি, মনি খনফম্ খংদ্রে বারে। মনিন মপানদ লৈরিঙৈ মমান অব্রাৎপ লৈহন্দন সেল্ থারকখিবদ চিংনখিব ময়ামদু হেনন ময়েক্ সেংলকপগুম্ থোক্লরে। মতমদুদদি মনি মমাগি নিংজবতদি থুংহল্লগে হাইন লাইনিং ওইখিবনি। অদুবু ঙসিন মহাকপু লৈক'ইন ইনথোকপিরব অসিদদি থমোইদ মদোম নিনদা তৌরকলে। তান্জাসিদ মমা চংলকতুন চাক্ চাথোকনব কৌরৈ। অদুবু মনি চাক ইচা চানিংদে হায়দুন মমাগি

মনিং খুংহনখিদ্রে। মচানুপাগি মতৌদু থমবাল্ চিংনখিদবদি নংতো। থমবাল্ চাকসংদ চংখ্রে।

মচানুপাবু সমাজন ইনথোকপিরব অসিদদি থমবাল্ থমোই কাইখ্রে। মচা মনিন্ মিকোক থোংলবদি খন্দুন ওকতবিগি সিনফম, ফাওব হংগোইব লৈতন হোৎনজবুব ঙসিদি থমোইদ নিন্দা তৌরকলে, ফন ওইদুনসু উপাইদি লৈত্তে। মিয়ামন ব্রাখল্ হোংলকপ ঙাইখিব তারি। হিংদব য়াদবনিন্ মনি ঙসিদি ইম্ফালগি লনাই লাইয়েংসং অমদ থবক পুদুন ইমুংগি ভার পুব হৌরে।

থমবাল ঙসিদি মচা মমৌ মসুনচিংব মমিৎত উব ফংজরে। অদুবু মিওইবৈ লাইবক্ অঙকপনি থমবালগি ইমুংদ অব্রাবগি পোৎলুম্ অমা নন্থরকলে। থমবাল চিফেৎ-চিফেৎ ঙমলকতদুন মচা মনিন মমাগি লাইওংদুদ চিংনদুন ই চাংয়েং তৌরুবদদি এইস আই ভি পোজিতিপ্ ওইরমলে। মতৌসিদ মনিগি থমোইদ চিংনরমব অদু অসেংব খংলে। অদু ফন ওইদুনসু মমাবু মনিন তাথিব মিয়েংন য়েংব লৈখিদে, হেন্নদুম থমোই নৌরকলে। মচা মমৌ চংদুন মমাগি থমোই পেন্নবত হোৎনজে। সোমদ থমবাল্গি মফমদ, মসান তৌজবুব থবককি মহৈ ফংলবদ অব্রাবগি চৈনা ফংখি। অদুবু অমুকসু খনতোকই, মচা মনিন মতিকচাব মি অমা ওইরবনিন মমা মপা ওইবসিংন মচাগিদমক লৈখা তাথিববু করি কাইবগে। লৈকাইন থমবাল্ এইসদ নারে খংলবদ হান্নদগি হেন্ন তাথিন তৌরকলে। মতমসিদ ইমুং অসি অসুককি মতিক্ ব্রাজখি। মৈরকসিদ মিয়ামগি খোলাও অমন থমবাল্গি ইমুং মফম অসি থাদোকতুন চৎখ্রো হাইরকলে। মতমসিদদি থমবাল্গি মফমদদি চৈনা অনিগি মৈসা লাংখি।

থমবাল্ অহিং কয়া তুমব য়াখিদ্রে, লুমলব ব্রাখলগি পোৎলুম্ অমন। ওকতবিগি মচাদি দোকতর ওইরবসু লাইয়েংব য়াদে। ঐইসদ পকপ মিদি মিয়ামগ পুন্ন লৈমিনব য়াদে --। হাইব ময়ামগি ব্রাখলসিদ।

মমৈথংদ মঙালগি মসক ওইরব ব্রাখল্ অমা লাকই। ময়াম পুমনমককি অমদি মসাগিসু অফব ওইগদব লমবি অমা। থমবাল্ য়ুমসি থাদোকতুন রিহেব্লিতেসন্ অমদ লৈবুনব ব্রারেপ্ লৌখ্রে ব্রাফম্ অসি খংলবদ মচা-মমৌ চংদুন ফিরেপ্ অদু হোংদোকপিনব কন্ন হাইজখি অদুবু মমান য়াব লৈত্রবদ উপাই লৈত্রদুন মমাগি মনিং থুংজরসনু খল্লকলে।

অয়কুকি চাক ইসিং চাথোকলব মতুংদ থমবাল্ রিহেব্লিতেসন্দ চৎনব সেম্ সাব লোইখ্রে। কাইনরমদাইগি মিকুপ্ য়ৌরকপ মতমসিদ থমবাল্গি ইমুং কপ্নবৈ খোনজেলতন নিন্খ্রে। চৎলমদাইগি পুংফম ওইরকলবদ থমবাল্ মচাসিংবু বিদাই পিরকলে। মচাসিংসু চৈনাসি খাংব ব্রান বিদাই পিরকখি।

- ইচাসা, ইমা চৎলগেকো।

মচা মমৌ মসুসিং কপ্ন মমাগি মখোং সোকন খুবুমদুন অরোইব বিদাই পিজখি। থমবাল্ নুংসিরব ময়ুমবু অমুক বিদাই পিরকই। মচাসিংবু চিংন য়েংলম্লগ খোং থাংদোকখ্রে। 

# অপোকপি মমা

সাগৈগি মচে মনেমসিংগ জামিনি নুপা ময়ুমদ মচানুপি মচিন্ হংব লাকই। গ্যেৎত কার খাম্লদুন য়াম্ কেমৌন চংলকই। বোর মপান মহৈ লোইসংগি দাইরকতর ওইরমবসিদ জামিনিগি থমোইদ হরাওজৈ। সুমাং য়ৌসিল্লকপদ নুপামচা অমা গারিমচা ইন্থোক্তুন থোকখি। জামিনি নুপামচাদু উরুবদ তু-চুংখি। ময়াম্ লাকলিবদু বোরগি মনেমন তরামন ওকতুন ইমুংদ চংমিন্নখি। নুপি অমন নুপিমচাদুদ ওনসিনদুনা,

- ইবেমা, ইমাখোই ময়াম লাকলিবসে,

হাইয়ু নংন করি খল্লিব?

মনদোমচাগি ব্রাহংদু সংহেক পাওখুম পিখিব ঙমদে। মচাগি মতৌদুদ কি-হংগোইদনব হাইরকই হন্তকতি নুপিমচাদু,

- ইমা, নচা ইসান য়াজরে।

তানজাসিদ বোর মনেম অচা অথক পুদুন চংলকই। ময়াম্ হরাও-হরাও চামিন্-থক্মিননৈ। জামিনিদি ঙসাই তু-চুংখিব অদুন করিনো হাইব ব্রাখলদ তাওদুন লৈরি। মতৌদুদ নুপা ময়ুমগি মিনদি চিংনব পোকই। বোর মনেমন,

- কৈন্যা মমাদি য়াম নুংসুক নুংজান্নন উই।

জামিনিগি মিচংদ ময়াম পুন্ন অমত য়াওজব মচানুপিনিন নুংঙাইতদুন তৌরিনি হাইদুন চপ্ মান্নন পাওখুম পিখি। তানজাসিদ বোর মনেমসু মবুংবু মরিক চুমন থাগৎলকই। হনতকতি জামিনি মরোল থোরকলে।

- মনেম্ অমতং লৈজরম্লবদি --।

ময়ামসু চুমম্ হাইন ফোংদোকনৈ। অমুক জামিনি মখা তারকই। ঙসাই থোংগাললোমদ থোকখিব নুপামচাদুর বোরসে হাইদুন হংঙি। মনেমন মাননি, পাওখুম পিরকই।

- নুপা মচাসিগি অপোকপ অপোকপিদি লৈবিরিব্র?

- মদু খুমব ঙমজদ্রে,
  অঙাংসি ইবুংন মচা সকন য়োকচরকলবনি।
  অঙাংসিগি দাইত খুদিংমক ইবুংগিনি।

মখোই অমুক হন্‌নখ্রে। অদুবু বোর মনেদি থমোইনুংদ জমিনিগি নুংঙাইখিদব মতৌ অদুত খন্‌দুন লৈহৌরে।

নুপামচাদু উরুব নুমিৎতগি জামিনি অহিং অনি সুকতুম্ হেক তুমদন হৌখ্রে। অমুকসু খল্‌লি মদোম থমোইনুংদ, করিগি মিকুপ্ অদুদ তু-চুংখিব, মাগ ঐগ করি মরি লৈনৈ, ঐ খংদে। মসিবু ইস্বোরগি করমব থৌওং --? থমোইগি চয়েৎনব কয়া লৈদুনসু, মচানুপি অমদি মপুরৌইবদ ফোংদোক্‌লুদে। নুপা ময়ুমগি মি লাক্‌কনি হাইবদুদ মপুরোইবদ জামিনিন,

- মোইপাবু, নুপামচাদুগি তাংদাংব অমা খংদনদি --।
- ওন্‌থোক্‌পনিদকো, ফরেনে পিদ্রে হাইন খললো,
  নচানুপিসে চেল্‌লুরে হাইবসিমদি কোকপ য়াখিগদ্রো?

তান্‌জাসিদ নুপা ময়ুমগি মি লাকলে। বোর মপাগ মি অনি চংমিন্‌নরকই। তরাম্ তরাম ওকতুন মখোই পুন্‌ন ফমমিনৈ। জামিনি অতোপ্‌প কারোমদ চংখি। বোর মপান হৌদোরকই,

- দোক্‌তরবু, মতম অমা লেপ্‌নব তৌবিরো ।
- চুমল্‌বনি, অদুদ নচন্‌নুপিন নুপামচা অদুগি তাংদাংব অমা খাংদনদি হাইদুন লৈরব।

লুন লৌনরিব রাফমদু ইরাই লাইন খুম্‌দোরকই,

- চিংনব কোক্‌নব দা. রাধেগ অমুকতং উন্‌নবিরগদি লোইন চম্‌নরগনি।

থংনব কাদগি দা. রাধে পল্‌লকপদুদ জামিনি মিকুপ খর গ্যান লাংলুই। অমুক ভাপ্ তারকই, মিনকা উখ্রব্র হাইন জামিনি চিংজজৈ। তুমিন্‌ন মপান্ থোরকলে। মপা অনিদি নোক্-নোকতুন ব্বারি সান্‌নহৌব্রি। খোং থাংন-থাংন জামিনি মচিন্‌দ ঙাংথোরকই,

- করি দা.রাধে!

য়ুমগি মখাদ লৈব লৈকোলদু য়ৌরকপদ ভাপ তারকই মোন্লব তিংগোইদুদ ফম্থদুন হৌখ্রব ব্রারি অমা নিংসিংলকই। দোক্তরন কৌরক্পদগি জামিনি মমা চংখি। মতমসি জামিনি অঙাং উন্নবগি মতম ঙাইদুন লৈরিবনি। মমা উবদ দা.রাধেন

- ইমা, ইচানুপিসিগি নুপাদি ?
- ইবেমা, ব্রাফম খরদি লোৎসিন্দুন লৈরিবনি।

লোৎসিল্লুবন অফব ওইররোই খল্লদুন জামিনি মমাদু ব্রাসিং অদু দোক্তরদ তম্লক্ই, ইচানুপিসে লৈসান মসা লুমলকখি। নুপাদুগ য়ামন পামজনখি। অদুবু লাইবক থিবনি, মহাকন সিফাই ওইরুবন, সুতিগি মতম লোইদন ইরাং লৈরে হাইদুন কৌরকখি। নুপামচাদু চংনিংদন অদুমক চৎখি। চৎলমদাইগি মতমদ সিনরমখি, সকখংদ্রিব অঙাংসি মাংহনগনু হাইদুন।

ঙসিদি লাইবক্ থিরে, নুপামচাদু কারগিনগি লালদ থব্রাই থাখ্রে। মরমসিং অসিননি ঙসি ওইরকলিব ময়ামসে। ব্রাফম কয়াদু তারব মতুংদ দোকতরন,

- অঙাংসি পোকলব মতুংদদি ---।
- অদুননি লোন্ন থুপ্ন হো্ৎনরিব,

অদুন ইবেমা দোকতরন অঙাংদুসু ফনব তৌবিখ্রো।

নুপিওইবিসিংন থেংনরিব অব্রাব কয়াসি খংলদুন দোকতর ব্রাফমদু য়ানিংন অঙাং উনফম্ মনুং কারোমদ চংখ্রে। জামিনি মাসু মপাল লোমদ থোরকলে। তানজাসিদ মপুরোইবন কৌরকপদগি ব্রারিদু লোইসিলখিদ্রে। অমুক্ হৌগৎতুন ইমুংলোমদ চংলকলে। খোং থাংন-থাংন থমোই নুংদ খল্লুরি, অদুনদি অঙাংসি সোইদে, ঐগি অঙাং ওইব। ঙসিদি ইমুংসি সকউদব লামৈ অমন কোইন থুংন চাকলকুলে। মমাগি মতৌদুন মচানুপিগি থমোইদ চিংনবৈ ইঁরৈ অমন ইরাকনহল্লি। অমসু-অমসু ব্রাদি ইঙাং ঙাংনদে। ঙসিদি কনাবু খংহল্লুব তৌদন

জামিনি দা রাধাগি নাক্ত চৎলি। চহি কুনগি মতুংদ অমুক উনব অসিদদি মখোই অনি অমন অমবু সক-লাকসিনব ঙমদে। অদুবু হৌখ্রব ব্রারি মতেক অমন অমুক নৌন সকখংনরে। মিওইবৈ পুন্সি অহোংবন পিক থললি, সকফম্ লৈসিল্লকলব অদুদদি অমন অমবু য়েংদুন নোকমিনৈ। লোইনন জামিনি লাকপগি মরম খংলবদ দা রাধেন,

- অঙাংদু অমুক্ লৌসনবদি য়ারোই।
- নংতে, ঐ লৌজরোই। মরি মখোং খংজনিংদুন তৌবনি।
- ঐবু চিংনব্র ?
- নংতে অদুমন লান্ন লৌবিখিনু,
- ফরে অদুদি, ইফুকেসন্ এস্কি দাইরেকতর খংঙিদন,

জামিনি স্বাই লাওই, দাইরেকতর হাইরকপদুদ, মখা তান করি হাইরি হাইব খংখিদ্রে। থাসি অহিং অমন মসা পুমব য়োমসিল্লকই। পাওখুম্ পিগনি খংদ্রব জামিনিবু ঙকন য়েংদুন দোকতরদু লৈরে। অমুকসু কন্তকন,

- নংবু কৈদৌরবগে?
- হা ! ব্রাখল অমা তৌবুরেদন। ফরে ঐ অমুক্ হনজরগে দোকতর,

জামিনিগি মতৌদুদ দোকতরদু ইঙক-ঙকন অদুম য়েংদুন লৈহৌরে। জমিনি করি অমুক হাইবুনি অব্রাবৈ সমুদ্রদ তাসিললে। মতোমত সোনজৈ,

- সিবু করি মতৌনোনে? করিনো তৌগদবসে।
  ইবুকথোককি ইচা অনিবু লুহোংব তারব্রানে --।
  করিনো কোক্সে ঙাওখ্রেদ।

মচা অনিগি ব্রাখল্ন ঙসিদি জামিনি ব্রাখল লাইনা নাহললে। মচানুপিন চেনলুরবগি মতুংসিদ ওইরকলিব জামিনিগি ফিবমসিদ মিয়ামন চিংনব অমদি পোকনরে। অদুবু কনানসু চিংনরিব অদুগি লংলা-লংজিন্দি খংব ঙমখিদে। লুহোংবগি মতমসু লেপনব লৈতে। চরক-চহিংন

অদুম মরেরে। অদুন ইমুং অনি, অমদি বোর কৈন্য অনিন হেনন অরাব ওইহললে। ফন থেংখ্রে অহিংসি, নিংঙোল কাদ কৈন্য ওইগদবিসি ব্রাখল মওন মওন খললি, করিগিনো ইমান ব্রা ঙাংখিদ্রিব, মসিগি মথকত নারকলিব অসিন অমুক --? খনফম্ খংদে তরংদ লৈখ্রে অমুক থমোইনুংদ খল্লকই, ফরেনে ইমুং অনি য়ানদদুন পিনদ্রে হাইরসি ঐ করি তৌগনি--। ইমাগি অপামবগি মাইয়োক্ত অমুক হন্ন ঐ চেনসিন্গদ্র? তামোনদি করি খল্লিগনি। অমুক বোর ওইগদবদুন করি খললিগব হাইবদু মদোম ব্রাখলদ চিংসিল্লকই। চুমমি অমন অমবু পামনদদুন পিনদব কয়া য়াওরি, অদুবু ঐখোইগিদ থোকলরিব অসিগদি খর খেনরে। ঐবু বোর অমা ওইনদি পাম্ফম্ থোকইন বাবাগি মঙান্দৈ, পুমনমক্ ঐগি ঙাকতনি। অসি ফাওবদ কারাগ লৈখাই অমা তাদন থমলিব --। অসুমন লোইব নাইদব ব্রাখলগি ইপাক অমদ তাওথরি।

মসক্তি উদব অব্রাবগি চিংদুম অমন নন্থরবি জামিনিগি মতৌসিদ মাগি নুপান করিগুমব অমতসু পেল্হনব ঙমদবসিদ নুপা অমা ওইন পেনজখিদে। নুংসিন মনাকত চংসিনদুন হংজে,

- ঙসিদি নহাককি অপামবদুত হাইরো,
  পাওখুম অদুনি নচাসিংন ঙাইজরিব।
  ঙমন নংগি ব্রাহে অমদ লৈরবনি।

ইচিক-হল্লব অহিংসিদ মাগি নুপিবু পুক্নিংগি মনিং তম্হললি। ইরোইন্ন পাওখুমসু ঙাইরি। অদুবু ঙম্ন তাইওন্নখ্রে। ব্রাহং-পাওখুম অনি পুন্ব মিয়েং অমন মপুরোইববু চিংন য়েংলম্লগ জামিনি মমাই লৈথোক্খ্রে। উপাই লৈত্রদুন অদুমক উংদুন মাগি ফমুংদ কাখৎতুন হিপ্থখ্রে।

অয়ুককি হকচাং সেংদোক্নব সুমাং মচিদ অসাব ইসিংদু থনম্লগ মমাগি তুমফম্ কাদ হৌদোকপ চংলকই। মপাদি ঙসাইন হৌগৎতুন ব্রাকিং চংখ্রবনি। অঙকপ মতৌনি মমাবু মসা নোমদুন হৌদোকলুবদদি,

মচিনদগি তিলহিদাক মনম্ নমলক্খি।

ইমা !

পাখৎপন খোনগাইদ লাওরকই। থব্লাই য়াওদ্রব হকচাংদুন য়াতারম্বদুদ খোনজেল থোকন খপলক্লে। মতাংসিদ মপাসু য়ুমদ হল্জিলকই, ওইরম্লিব মতৌদুদ ঙক্পন লোইখি, মিৎলুদ পিরাং সিনথরক্ই, থমোই সোকন।

- মমা, করি মতৌনো নহাক্ন তৌরমলিব অসিবো ---,

করি পাওখোংনোংনে হা, ঙসি নংন চল্লমলিব?

সিন কাইনবগি মৈচাকন ইমুংসিগি মিওইসিং ব্লাখিবন সমুদ্রদ তাসিন্খি। খাংঙম্দবগি মিকপখোলতন পুম্নিল নিলখি। পাও অসি লৈকাই তান্রক্খি। মিয়াম্ লাকতুন মথৌ মঙম্ পাংথোকনব সিল-লাংঙি। মমাগি ফিরোল লোইসিল্লুবদ মোন্ মখাদ অঙৌব চে অমা থেংনৈ মচানুপিন ফাক্তোক্তুন য়েংঙি।

'ইমাগি ইবেম্ ঙসিদি ব্রমহামকন ফংঙমদ্রব মিওইপোকসে নমাগিদমক্তি মাইথিরে। পাংগল থৌনা পুমনমক্ মাংখ্রে। ঙসিদি খ্বাইদৈ তোল্লবিনি ঐসে, হৌখিব লাইবক্ থিরব থৌদোক্ অমন- ইমাগি ইবেমা, নহাককি বোর ওইগদৌরিব নুপামচাসে ইমাগি নপা পুনদব নবুং ওইরমলে।

- ইমা !

মচানুপিসে ব্লান্থখ্রে, ময়াম্ চেন্সিনদুন লাইক্ননৈ অমুক্ গ্যান লাকই, থমোইনুংগি ব্লাহে খর মচিন থোরক্ই।

- মাবু ঐগি ইবুং --।

মাগিনি হাইদুন চেললুরবি ঐন মচলনুপি ।

ইমা --- , করিনো মসিবু করিনো, করিনো --।

খোন্গাইদ কন্ন লাওরক্খি। অঙাওবি অমগুম্ন মচিন্দ মুরুম্-মুরুম্ সোনদুন কনাসু য়েংলম্দন অদুম্মক্ থোংগাল্লোম্দ ইতিংতিংন চেৎখ্রে।

# মিরা

মিরা ওফিস্ য়ৌরকপদ ঙাইরি, মহাক নৌন ত্রাস্ফর তৌরকপনি। চৌক্রিদ ফম্থবত মঙাইরি, তান্জাসিদ অসিস্ ফৎ চংসিল্লকই। অসিস্ ওফিস্ অসিগি হেত ক্লাকনি। মতম সাংন থেংনরুদ্রব মতুংসিদ মখোই অনি নৌহৌন অমুক মিংচান্নরুই। মখোইনিগি মতৌসিন অউবগিদি অঙক্প কুম্হৈ ওইরে। ঙাইহাককি মতুংদ মিরা মপান্ থোকখ্রে। অসিস্সু ব্রা ঙাংদ তুমিল য়েংদুন লৈহৌরে। ওফিস্কি মখাথংবদ লৈব মি ঙাইনফম ফালসাংদুদ চংসিন্দুন ফমমি। থমোইদ হৌখ্রব থৌদোক্ অমখক্ নিংসিংলকই। নুমিদাংগি পুং নিপাল তাখ্রে। মিরা অসিস্কি থোংজিন্দ লেপ্লে।

- অসিস্ --, অসিস্ তারব্রো?
- করি অমুক লৈরে?
- হৌগৎলো, থোকচোম্ ফাওবদং থিললু, ইসৈ হৌখ্রে।
  লতাখোই বিনাখোইসু ঙম্ন চৎনখ্রে।
- ঐ লাইরিক তৌরিবসিদি ।
- হললক্লগ লাইরিকতো তৌরো ।

থিল্লুদব য়াররোই খংলদুন মখোই অনি লাকমিন্নরে। অসিস্ চহি তরানিপাল্লোম্ সুরে। মিরান চহি অনিদি হনগ্নি। মখোই অনিসে ময়ুম্ থংনরুবতনি সাগৈদি পুন্দে। অসিস্ চুং-ফিরাল চান ফজে। মিরাসু মাং-তুং ব্রাৎতন চংখোল্লবিনি। লম্বিদ চৎন-চৎন অসিস্কি থমোইনুংদ ইথিল অমা ফাওরকখি মিরাবু কৌদুন খামখি মিরা হৈনিংদন।

- কৈদৌরগে মিন থেংখ্রেগ ।

মিকুপতুদ ব্রা অমত ঙাংদন থোংলবিদুবু মথানুংদ চেৎন কোনসিনজৈ অদুবু মিরাগি পাংগলন নান্থোকপদি ঙম্জখিদে। সাওন,

- খংগনি নং বাবা তাক্কনি, ঐন কৈদৌনি খংঙু।
- মিরা, ঐ নহাকপু নুংসিমন্‌খিদুন গ্যান তাহৌদ্রে।

ইরোইনন লানখ্রে হাইদুন মিরাদ খুরুমলকই। মতৌসিদ মিরা সাওনিংলমব পুমব খুদকত মাংখ্রে। থমোইনুংদ মিনুংসি অমা পোক্‌লকখি। থিহল্‌লুরব মাইথোংদু নোক্‌মিবন সিনখ্রে। ইংলব থাবলগি ইপোমসিদ মিরান,

- নুপানবু অদুক্ পাংদব,

ইকাই নুংসি য়ান্‌ন অসিস্ খাংজখি। মিকুপ অসিদ মখোই অনিগি থমোইদু অপাম্-নুংসিগি ময়াইন লাকসিনখি। ইসৈ য়েংব চৎত্রে। লমবি মতাই ইংখোল মচি অমদ লৈসিনদুন ফমমিন্‌নদুন থমোইনুংগি ব্রাফম্ কয়া ফোংদোকনখি। অপাম্ নুংসি মসি য়াম্‌ন মনিংতম্‌মি। অমন অমগি মফম্‌দ অথাক্‌প অমা থমদন নুংসিগি ইথক ইপোমদ থমোই তিংন তাওথমিনখি। মি চংলক্‌পদগি মিরাগি নিংসিংলুব ব্রারিদু কাইখ্রে। অমুক ওফিস্ কাদ চংলকই।

অহিং থেংলফাওব তুমথব য়াদ্রে মিরা, অমুক্ কন্‌ন তুমথব থেমমি। মপুরোইব কিরনদি মিকপ অনিবু সুরমলনি। অমুক নিংসিংলকই, অসিস্‌কা কাইনখিবগি ব্রারিদু মিরাগি থমোইদ। য়ামন সাওন মাবু পোক্‌প মপান নিংঙোল কাদ চংলকতুন,

- অরোইবনি ঙসি ইপান হাইরিব অসিন,
  নং ইপাগি মাই ঙাক্‌কদবনি।
  ঐবু নুংসি খংদব মপা অমদি তাহন্‌গনু।

মসিং মসোন নাইব মপাগি মতৌসিদ মিরা খমথেংন ব্রারে। অমরোমদ অসিস্‌ন মপাল লমদ মহৈ তম্‌ব চৎখিব অসিনসু খন্‌ন তান্‌নফম্ অমতসু লৈত্রে। মিৎলুদ পিরাং সিন্‌থজবন মসিন্ ওইখ্রে। মপাসু সাওনিং সাওনিং মপান থোকখ্রে। মিরাগি থমোইনুংদ মওন্-মওন খলহৌরি, নুপি ওইবি মপোক্ তোললিদকো পুকনিংগি অপাম্‌ব অমতসু ইনিংতৌজব ঙমদব, মথংগি মপোক্‌তদি নুপি ওইনত পোকহনবিরগনু। খোলজেন থোকন কপ্‌লকলে। মিকপ্‌খোলদুন তাইবং

ওইরকলবদ মনাকত তুমলিব মপুরোইবদু মিকপ্ থোরকলে।
- মিরা, মিরা, তারবো?
- মোইব -, ঐদি মং মংলুরে।
- ফরে, ফরে নিংথিন অমুক পোথনব তৌরো।

অব্রাব অমদি চিংনবন কিরন্গি মসাপুমব লাকসিল্লকই। পামজন লুহোংজবুব মাগি নুপিন হন্তক্ মসাগি লিচৎ-সাজৎত অহোংব কয়া লাকপ অসিদ। ঙসিদি মখোই অনি মোৎ তিন্নদব কয়া য়াওরে। করিগুমবদ মপুরোইবগি মাইয়োকত ব্রা ঙাংলকলে। সেবা তৌব ফাওবদ থওইরকতব কয়ানি। নুপা নুপিগি মরিদ মপুরোইববু পেল্হনদব য়াওরবনি। মিরা ওফিস্ কুমলক্লে। কিরনগি নুংসুক-নুংজানব মতৌদুদ মিরা হৈনিংদব পোকই। মিরান থেংন হললক্পদুদ,
- থেংঙিদ, থবক্ অচিনব য়ামন লৈরবরা?
- উম্, থবক্ খর চিল্লে।
মখা সাংথরমদন ফি হোংফম্ কারোম্দ চংখ্রে। ঙাইহাককি মতুংদ অমুক থোরকলে।
- মিরা, চাঙাং গ্লাস্ অমত থকসিব।
- ব্রারেদ ।
মখা তারমদন কিরন্ মপান থোকখ্রে। মতৌদু তুমিন্ য়েংদুন মিরা লৈহৌরি। করি-করিনো মরোল সেংফাৎতন সোনহৌরি।

মিন করি হাইনরিগনি হাইন চিনব পোকই। মাইগি ফিবম্ কাইদনব সেম্জিললি। ফনেক ফিদোন্ মান্নদব য়াওব্র য়েংন মিরা রেস্তোরেনদগি থোরক্ই। ঙসাই চংখিবদ সংখিব চিনবাল মচু হোংলকপ অসিদদি রেসতোরেন মপুদু হেন্ন ঙকখ্রে। মিরা গারিমচাদু থৌদুন অদুম্ চংখ্রে। মপুদু জাৎ-জাৎ খলহৌরি, মৌনিদ হৌজিককি নুপিদু, লাকমিনব অদুদি পাখংনিনে। নুপিদু মসকতি ফজৈহে। মৌসু জাৎ-জাৎ তৌব য়াওরিজাৎনি। অদুবু মসি অফবদি ওইরকলোইহে।

কিরন্ মাগি নুপিগি ৱাখলদ ঙসিদি থবক চিললে। মিগি চিন্দগি খরগি মখৈদি খংলবনি। মদুমকনদি অচুমবনি হাইন লৌব ঙম্দে। অদুবু অসিস্ কৌব মিরাখোই মপাম্গ য়ুমথংনব পাখং অমগদি থবক মফম পুললি হাইরি। অমুকসু মখোই অনিসি অঙাং ওইরিঙৈদগি লোইনরকপনিসু হাই। পুমনমক্সি ওইদুনসু মমিৎমকন অমুকতং উবদুনি। মি কয়া থাদোকতুন সেনাহনখ্রবনি, মসিমক্তন সেল্ কয়া চংলবনি। মরক্সিদ ফোন লাকই, ফিংন রিসিপ্ তৌরি,

- কবি ! হৌজিক রেস্তোরেনদ লৈরে।

ফরে চেক্সিন্ন খংলেদন --।

সাওখিবন মসা পুমব নিকই। গাবিমচাদু ইনথোকতুন ঙন-যাংন থৌখ্রে। লাইবক্ খিবনি মান চৎলিব লমবিদু ট্রাফ্রিক জাম্ থোকলমলে। অদুন মতম খর পনথব তারি। মান মফমদু য়ৌরকানদদি মখোই হন্খিরম্লে। তাইনকম্ খংদ্রদুন খামলিব গাবিমচাদুদ চেন্সিনদুন কাওসিললি, সাফুদ গাবিদু লৈমাইদ তুখ্রে। মাগি মি চেন্সিনদুন ইন্খৎলি। অমন সাওরিবদু থের্মাজিললি, মতুং তানজা লাকখিনি। মরক্ থৎন অমন অমুক,

- মসিসু পুন্সিগি সরুক অর্মনি। করিগি খোইরাংনরি,

থেংন তাবনি।

ৱাহৈদুদ কিরন্ন খুমলকই,

- অদুবু থমোইসিদদি খাংঙমদব সাফু অমন য়েররি।

ঐ লৈন-লৈন মহাকন করিগি লমবিদুদ --।

মপুরোইবন হন্মন্লক্ত্রবদুদ নুমিদাংগি পুং তরাগ তাসিনখিবনে চাক্ চাথোকলে। ফমুংদ কাখৎতুন হিপ্ন-হিপ্ন হল্লক্প ঙাই। ঙাইহাক্ লৈরগ গারি মখোল তারকই। কিরন্ নিসা নুংঙাইরকই। হান্ন তুম্নদব ফমুংদুদ কিরন্ লোংন হাইথখ্রে। মফি মরোল হোংদ্রোকত্রিব মপুরোইববু য়েংসিললুনব মনাক্তা চংদুন সেবা লাংজয়ুই, ওনথোরক্প মতৌনি কিরন্ য়াম্ন ৱারৌন,

- ঐগিদমক্ মালেমসিদ কনা লৈরি।

ঐদি মতিক চাদ্রব, মিয়ামন ইন্থোক্লবনি।
য়ারে নিংথিরবি নংগি মপান্ নাইদ্রব সেবা,
ঐগিদমকতি নহাকপু ৱাহননিংদ্রেনে।

থমোইগি পেন্দব ৱাহৈসিংদু তারুবগ মিরা ঙসিদি কিরন্বু নুংসিব ফাওরকলে। লোনথোকতন কপ্‌চখি, পিরাংন মহুৎসিন্ মপুরোইববু চিংন য়েং,

- করিগি অদুমন ৱারৌরি, ঐ লান্খ্রে, ঐহাকপু ঙাক্‌পিয়ু।

মরাল্ খংজরকলবদ কিরন্‌গি মখোং পাইদুন হাইজরক্‌খি। অদুবু কিরন্‌নদি পাওখুম্ পিরক্‌খিদে। হন্তক্তি কাসি ইচিক চিক্‌খ্রে। মপুরোইবগি খুৎ পাইদুন চিংখৎলগ,

- করিগি নদোম হিপলুদগে,
ঐহাক লৈরিবসিদি, লাক্ও হৌগৎপিরো,

কিরন্ নুংগি মুর্তিগুমন মরোল থোকখিদ্রে। মপুরোইবগি মতৌসিদ ঙসিদি মিরা য়ামন নিংঙমলকত্রে মপুরোইবন অমুক ইনথোকলবদ, হৌখিবদ মান লংজখিব মরালসিং অদুগি মহৈন অহিং চুপ্প চৈনা খাংজখি।

অসিস্ উবদ ঙসিদি মিরা হৈনিংদব উৎলি। মনাকতগি লাপথোকনবত হোৎনজৈ। অদুবু হোৎনজমন্দি মহৈ চাদ্রে। লোইনবুব কৌবনিন য়াম্ন হৈনিংদন ঙসিসু মখোই অনি হান্নগুম রেস্তোরেনদ চৎপ তারি। অসিস্‌নদি হান্নগুম কোইদন মাগি লোইনবি অমগুম ইকোই কোইদন তৌরি। মতৌদুদ মিরা ৱান খাংজখি। হান্নগি মতৌগুম ঙসিসু কিরনদ তেলিফোন তৌরকই।

- করি ! ফৈ খংগনি। নুপিগি সক্‌লোন্।

মথৌ অমদি মসকন্ কি-তুজুংব পোকলব সোরিদু মফম চান য়েপসিনদুন কিরন্ গারি মচাদু নুংসিৎকি মমাং থান মফমদুদ চৎখ্রে। কিরন য়ৌরকলবদ মাগি মিওইসিংন মিরাখোই মনুংদ লৈরি। সুম-সুম তৌরি হাইবনচিংবদু তম্মি। কিরনগি অপামব মতুংইন সা অনিদু মপান

## লাইরবা

মীচং লৈতে লাইরবগী
গুসিগী সংসার অসিদা
আশা লৈত্রবা পুক্সিসিদা
হিংনিংখিগদ্রা অসুম তাইবংসিদা।
অচুম্বা লৈত্রবা তাইবংসিদা
থিরি ঐনা অশেংবা
খন্থহৌদবা মিংকুপ্তা
ফংলি চৈনা কযা।
খেনবগী লৈইনা ঐবু
কোইসিন্দুনা থম্বিরে ঐবু
তাইনফম খংদ্রবা চৈনাসে
ফিজংগী মরুমদা খাংলিনে
কনাগী মতৌ অমা য়েংলগা।।

--- o ---

# মীনুংশি

অরাম্বদা পীজবা
খৌরাংবদা পীথকপা
লাইরবদা তেংবাংবা
ধর্ম্ম লৈবশিংগী মীনুংশিনি
চংজরকপা মীবু কনবিবা
সিদগী হেনবা অমা
লৈতে ধর্ম্ম অমা
মতম লৈবা খিবিক্তা
ঈশ্বরগুম্না পাউতাক পী
ওইগনি মখোয়দী মরুপ
ঈশ্বরগী অচেৎপা মরুপ
উগনি মখোয়না লাইন
মীগী অরানবা অশোইবা
অফবা থবক তৌরবা
মীওইবা খুদিংমক মান্নরবা
কল্লকপা মীহৌবা পোকত্রবা
মহাক অদো অচম্বা নত্রে
ওইগনি মহাক শোইদনা
ঈশ্বরগা নক্লবা মরুপ ।।

--- ০০ ---

# থরো-থম্বাল

লাইজা ঈয়াই ওংজবী
থরো-থম্বাল থারিক-থা
লৈশক-লৈচু মান্নদে
অৱা-নুংঙাই তিন্নদে
পল্লেপফম খঙদা তাইবংসিদা
অহিং নুংথিলগী মশক্লি
কোরৌ মঙাল ফংবদা
অনৌবা পাঙ্গল হাপ্লবদা
থম্বাল কৌবী লৈরাংনি
মালং ঈপোম ঈরোইননা
জগোয় শাথেক কংচখি
মপু মাবু য়েংদুনা
থাবলগী মঙালদা ঙাওজরুবা
থরোনা কপচরি ঈয়াইথঙ্গা
অৱাবগী শকলোন লৌদুনা
হে অহিং ওইরকলো ঐগীসু

--- ০০ ---

# ভারত

ঐখোয়গী ফিরাল ব্রাংনা পাইরি
ভারত ইমাগী তম্পাক্তা
মীৎকপ থোক্লে ঙসিদি
মনিংতমলে ঐখোয়গী লৈবাক
ঐখোয়গী ফীরাল ব্রাংনা পাইরি ।
নিংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা
থব্রাইনা পোম্থা ওইদুনা
থব্রাইগা শিন্নখিবা নিংতম্বা
ঐখোয়গী ফিরাল চিংখৎলম্বা
হে লাইওইখ্রবা অথৌবশিং
কৎচ্চরি কুমগী তর্পন ।
হিন্দু মুসলিম চীং-তম
অপুনবগী খোলাওনা লাওরসি
ভারত ইমাগী জোয় মতা জোয়
ধর্ম্ম লোন জাতি তোঙাল্লবসু
ইমা অমতগী মচানি ঐখোয়
অপুনবনা জোয়নি চংসিনসি ঐখোয়
খংহনসি ঐখোয় অপুনবনা জোয়নি
উৎলমসি ঐখোয় শিবা কিদবনি
অচুম্বগীদমক থব্রাই পামুদবা
ঐখোয়গী ফিরাল ব্রাংনা পাইরি।।

---০০--

# করি তৌরে

করি তৌরে চান্নবী
ঙসিদি মমোন নোকত্রবদি
মহৌসাদি নোকনবিনি হায়রম্বদাই
কপ্লব্রা ঙসিদি চান্নবী।

করি তৌরে  চান্নবী
নঙগী মীৎলুদা পীরাং
শীম্বদুনা ব্রা ঙাংদ্রবদি
লোম্থোক্তবী মুর্তী অমগুম
ব্রা ঙাংদনা শিম্থরিবা
করি তৌরে চান্নবী।

করিগী অদুক শোক্লা
থম্মোয়না পুবা ঙমদনা
অদুক কন্নবা চৈনবু
লোৎতুনা থম্লিবা নঙনা
করি তৌরে চান্নবী।

---o---

# চৎলমদাই

মেরা থানা চৎলমদাই
নিঙোল নঙবু উনিংদুনা ঙাইরম্মি
হিয়াঙ্গৈ থানা লাকলবদা
উন্নবা ফংদনা হনখ্রে
শুক্লা মমলবা থাশিগী অহিংদা
থাবল ফরবা অহিংদা
মপাম লমদম নিংশিংদুনা
নিঙোল পুক্লিং কপ্লম্বা
লাক্লে ঙসিদি নিংঙোল চাকৌবা
হরাও মিনোক মরক্তা
থম্মোয় মৈচাক লোৎশিন্দুনা
খুৎতা থাঙ্গোল পাইদুনা
লৌখাও জগোই শারক্লে
খুঞ্জা ইবুং নুংশিবা
চৈরোং তম্থা ইশৈনা
ফৌবী চরৈ হাইরক্লে
মেরা থা ইতারোই
কনানসু খাম্বা য়াররোই
অরোইবা মতম লাক্লে
ইপাম লমদম নুংশিবা
উরনি ঙসিদি লোইনমক
পলেম-পম্থৌ শঙ্গাইদা

ঙাইরম্লনি ইবু-ইপ্বাশিংনা
খারি লৌবুক অপাকপা
ফৌনা লৌপাক চোপ্লে
ফৌওইবী ইমা কুম্লক্লে
লৈতা লাইরা পুন্নমক
ফৌসু ঈশৈ শকলক্লে
হৈ. হা. হৈয়া হে ।।

--oo--

## মসিংবু

হায়নবনি অহন-লমনশিংনা
য়ানিংদে মশা-মশাদি
পামদ-পামদা লুহোংখি
মতম ফনা কুইরক্লে
নোংমা নুমিৎ অমতা
ফম্মিনখিদে মতৈ-মনাও
লুহোং নুমিৎতগী ঙসিফাওবা
কৌনা ঙাংন-শক্লদে
মমা-মপা মথা শানৈ
চহী কয়া হৌখ্রে
লুহোংখি নুমিৎ অদুদগী
য়ুমগী মৌ ওইরবী
মীগীদি মচা নিঙোলদো
নোংমা নুমিৎ অমত্তা
মোমোন নোকপা উরমদে
মসিবু কনাগী মরাননো?

--০০ --

# নঙগীদি ঐনে

নিংথিনা ফম্মু ঐগী নাক্তা
নুংশি বারি শান্নশি
নুংশিনা য়েংউ ঐঙোন্দা
মসিনা লোইরে নং-ঐগীদি
অমুবা নোংগুম্লবা শম্লাংদুনা
কুপশিল্লিবা থাজগুম্লবা মাইথোংদো
মপুং ফানা য়েংজগে
খোমগৎলগে মুরা নঙগী শম্লাংসে
মিৎ-কুপ্তুনা মুনা য়েংলগা
করিগী পীনো তারক্লিবা
তপ্লা হিপথরকউ তম্পাকথথ-সিদা
তৈথোক্লগে অরাবা পীরাং
নঙগী করি ব্রাংলিবগে
লৈরীব্রা সিদগী হেনবা অমা ।।

---o---

# কি ঐদি

কি ঐদি নুপীসে কি
নুংশি চন্নবা লৈমিনরম্বা
মচিন মনাওগী মরি মতা
মপা মচা মমা
শাগে নাতে মরি।
চংনহন্দে কৌনহন্দে নুপীনা
শাগে অমদগী শাগে অমদা
ওওলকপী মৌদো।
কি ঐদি কি
জগৎকী মবেম্মা দুর্গ্গানা
মপাম লমদম চৎপদা
হিংচাবীগী শক্লোন পুখোক্‌না
মী মকোক পরেংনা
লিক্লাং পরেংগুম ওকশমদা
চেম্থারকপা ঈ,
ওকপা নাইদনা থকখি ।।
পান্দপ মচিন মনাওগী
সেবা তৌরিবী ধরুপন্তিনা
মঙাগী মকোক থংখি
ওমই নুপীনা লোইনা
লৈতে মখোয়না ওমদবা ।।

---০---

ঐ ইন্দিয়ান্নি -৫০

## নোংমদি খঙঙু

চংনবী নঙসে কনাগী
ওম্মোক্রা কঁজেদা
ওম্মোক্রা নিংথিদ্রে
তৌবীমম্মা খঙলিব্ম
থৌগললোম্মা খঙলিবা
অদুননি নঙবু
ওমনদ্রিবা হোংদোকপা
নঙবু পমনরি
মীওইবা খুদিংমক্কা
অদুবু নঙসু
খঙঙু চংনবী
নঙনা খাহল্লি
কপহল্লি নঙনা
থৌদোক অম্মা
লাকপদা কিনরে
চংনবী নঙ
নোংমদি খঙঙু ।।

--- ০ ---

## তনদন

তনদন উবদা ঐদি
থিরিবনি খললুরে
লবুক লমহাং
কোইপাই পাইদুনা
মাংখিবা কদায়দা
থিরি কাচিন কোইয়া
তনদন উবদা ঐদি,
নোংনা চিফেৎ চুখিবনি
খঙহৌদে কদোমদগী কদায়দা
সিনবা থুংখি মচি ময়া
মখুৎতগী মনি তাখিবগুম
শিবা কিদে মখোয়দা
অমম্বাগীদমক থব্রাই পম্মুদে
তনদন উবদা ঐদি
ওইরবোই নিংঙুই অসুম
শিবা কিদবা ষী
মশাগী ওইজবা থাদোকপা
অনৌবা ইতিহাস সেম্বা
লৈবাক্কীদমক থব্রাই কখোকপা
অচুম্বগীদমক শিবা কিদবা
অহিংদা সেম্বা বসন্তা ।।

--০--

# পুন্সি নুমিৎনা

তারমদায় পুন্সি নুমিৎনা
য়েংলম্মী মুনা ঐবু
পাউখোং অমা চনলম্লগা
খংহৌদনা মাঙখি
অঙানবা মঙাল পুদুনা
থংনবা মিৎকুপ্তা অমম্বনা কোইসিনখি
ঐ অসুম কিরকখি
পুন্সি নঙগী খোংচৎসিদা
করিগী লাক্লী অমম্বা নঙনা
নোংঙাল্দনা লোইখ্রবা পুন্সিনা
থিরি মাঙখ্রবা লম্বী
লৈরম্বই ঐগীসু পুন্সি খোংলোই
পুন্সিনা লৈখা তারবদা
চৎখ্রে ইনাক্তগী লাপনা
য়াইফবা লম্বী য়েংদুনা
তারমদায় পুন্সি নুমিৎনা ।।

---o---

# পেননাইদ্রবা মীওইবা

পেননাইদ্রবা মীওইবগী
হয়েংনা হংলি ব্রাহং কয়া
পুন্সিনা খুমলি পাউখুম
তোর্বানগী  লমহাংদা সংস্কারগী মৈরি
মৈরিদুগী মথক্তা চান্দোব্রাগী জগোই
শিংখাই চুক তরুকপু
পন্দলি থৌরিনা পুনলি
শিংখল নাইনা পৈরিবা শিং
হিংহৌরিবা অদুনা চুরিবা মৈ
সংস্কারগী মৈরিগী মথক্তা
চনদোব্রাগী জগোই
জগোইদুনা হায়রি
পেননাইদ্রবা মীওইবা
নখোয়গী অরোইবা পনখৈনি
য়দবনি করিসু পুবা
হয়েংনা হংলি ব্রাহং কয়া
ওসিনা করি খুমলিবা
পুন্সিনা খুমলি পাওখুম
পেননাইদ্রবা মীওইবগী ।।

--০--

## কংখ্রবা শমজীগী গুলাপ

কংখ্রবা শমজীগী গুলাপ
লৈরাংগী ফজবা কৈদনো
লৈনম্না তাইবংদা তিল্লিঙৈ
থম্মোয়দা লৈনম ফাওরি ।
তাইবং চৈথেং কিদনা
কনাগী শমজীদা ওাল্লম্বা
অন্নাবা কয়া খাংলম্বা
পুন্সি মীনোক য়াওদনা ।
কননা খাংগনি মৈচাক
করম্না হিংগনি অসুম
হিংশি হিংওমদনা খাওলম্বা
শমজীদা গুলাপ লৈনা ।।

--o--

## উফুল্লজ্ঞা লৈরাং

উফুল্লজ্ঞা লিরাং
কৈদনো শীঙেল
লৈখোক লোইরবোই
কেনখিনু লৈরাং
খোঙ্গুল্লজ্ঞা তিনখিনু ।।

লৈখোঙ্কী চৈনা
খংদ্রবোই নহাক্তী
খোংগোইনরবা পুন্সিবু
তাইবং কনানা
য়েংদুনা লৈনিংগনি ।।

লৈহী য়াওদ্রবা
লৈয়োন নুঙদা
করি আশা
করম্বা য়েনিং
হিংনিংই ঐসু
নওগুম্লা অসুম
উফুল্লজ্ঞা লৈরাং
কৈদনো শীঙেল ।

---o---

# ঐগী মিংতা

ঐগী মিংতা উই
মীনা কৃক-কৃক ইননরিবা
গাড়িতনা মখল শুনা
অচৌবা সহর অদুদা
নিংথিনা সেম সারবা
লম্বীদুগী ময়াই মতুদা
নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেংগা
জগোই শারি
মাগী জগোইগী শাথেক্তা
য়েংনরি মিংফম হোংদনা
লম্বী ময়াম ফাংলিবা
সরতুগী ময়াই মতাদা
লেপ্তুনা য়েংলৈ
জগোই শাবীগী মতৌ
গাড়ি পরেং-পরেং
মাগী জগোইগী শাথেক্তা
লমজেল থাবা অমগুম
হানবা তাম্নরি পাম্বুংফম ।।

---০---

## লাইমন

নুপীনা খ্বাইদগী অন্নাবা
লাইমন ওইবা মৈচাক্তী
লোইনবা মাগী নুপানা
অতোপ্পা নুপীগা লৈমিনখিবা
সিদগী হেন্না ন্নাবা
অতৈ অমা লৈতৈ নুপীগী
নুমিৎতুদা কাইখিবা থম্মোয়
করিগা পাঙ্খক ওইগনি
ওইহনখি মসিনা নুপীশিংদা
কোকওমদ্রবা লাইমনগী লৈনা
চোইনু নপানা মিং চোইনু
ইমুং মহি লাংবনি
লন থুম মাংবনি
ইরল ইথুম তাকপনি
যুম কাং-খোং চাইবনি
নুপানা নুপী লোনগনু
নুপীনা খ্বাইদগী অন্নাবদি
নুপানা নুপী লোনবনি
নুপীনা খ্বাইদগী অন্নাবনি।।

-- ০ --

## ঙকই

ঙকই পুঙক ঙকই
করি অমুক হায়রক্পগনি
হায়নিংঙাইসু লৈতরে
অদুবু কাওরোইদবা অমদি
নিংশিংদুনা অদুম লৈহৌরনি
ঐনা থজবা মহাক্না
খ্বাইদগী চাওবা মীনম্বা
ঙকই ঐ ঙকই
মহাক ওইরম্বা অসিনি ।।

--০০--

## লৈসিবু

শাংলি লৈ খরা
সুমাং মচি ময়াদা
থংলি মখুংনা পং- পং
প্রকৃতিগী ওইবা লৈ
মপান্দা মচি ময়াদা
ফজরবা লৈ কয়া অমা
ফজে য়েংবদা নুংঙাই
পাইদুনা য়েংনিংবা লৈসু য়াওই
হেক্তংতুনা য়েংনিংবসু মল্লাওই
চুম্লা য়েংবা ঙমলতে
ফাওরকই পুক্নিংগী অপাম্বা
ঙাইহাক পামলুই থম্মোয়দুদা
লৈনমদুদা লৈশঙ্কুদা ঐ
অদুবু লৈনম চেন্দবা
চেনা শাবা লৈদুনা
নিংথিরবা য়ুমগী কাদুদা

---০ ---

# ঐ ইন্দীয়ান্নি

ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিক
অব্লাং নোংপো ঙমখৈদা
শিক্লবা ষ্টেট মনিপুরদা
খোইরি নাওফম তাফমনি
ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিক
ইজাতিদি ঐ মৈতৈনি
ইজাতিদি ঐ হিন্দু
ইজাতিদি ঐ মুস্লিমনি
ইজাতিদি ঐ খ্রিষ্টান্নি
ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিক
নুংশিরবা ঐগী পোক্লফম
ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিকনি ।।

---০---

# নোংমা

নোংমা তাইবঙদা
নোংমা লাকখি
নোংমা ঐসু
নোংমা মিং
নোংমা উখি
নোংমা উম্বা
নোংমা ফম্বা
নোংমা ঙমখি
নোংমা ষন
নোংমা শাই
নোংমা হৈনা
নোংমা তম্বীখি
নোংমা চংপা
নোংমা ঙমখি
নোংমা চাক
নোংমা ইনখি
নোংমা ইমানা
নোংমা ঐবু
নোংমা লাইরি
নোংমা তাকপিখি
নোংমা স্কুলদা

নোংমা মিং
নোংমা চনখি
নোংমা মতম
নোংমা কয়া
নোংমা হৌখি
নোংমা অঙাংদগী
নোংমা পখং
নোংমা লৈশাবী
নোংমা ফাখি
নোংমা ঐগী
নোংমা নুংশিবা
নোংমা থেংনখি
নোংমা খংহৌদনা
নোংমা থম্মোয়দা
নোংমা ফওনখি
নোংমা চিঠি
নোংমা পিখি
নোংমা মনা
নোংমা ঐগীদমক
নোংমা লেপখি
নোংমা চেনখি
নোংমা লুহোংখি
নোংমা পুন্সিদা
নোংমা থেংনরকপা
নোংমা অৱাবা

নোংমা নুংঙাইবা
নোংমা শাওনিংবা
নোংমা নোকক্লিংবা
নোংমা কপ্লিংল্ন
নোংমা হায়রমদনা
নোংমা চংখিরমই
নোংমা পুন্সিসে
নোংমা হিংনিংঙজবা
নোংমা য়াওখি
নোংমা লৈবাক্কী
নোংমা ব্বাথোক
নোংমা কয়া
নোংমা থোরকই
নোংমা শিখি
নোংমা লেপ্তে
নোংমা বোম
নোংমা লম্বী
নোংমা ফুমলমই
নোংমা পোখাই
নোংমা মীয়াম
নোংমা শিখি
নোংমা সোকখি
নোংমা লালহৌবা
নোংমা কয়া

নোংমা খোরকখি
নোংমা ফাখি
নোংমা মাংখি
নোংমা লৈরম্বা
নোংমা থেংনরকই
নোংমা মক্ষম
নোংমা কয়াদা
নোংমা পাও
নোংমা তাবদা
নোংমা কিখি
নোংমা থব্বাই
নোংমা ব্বানখি
নোংমা করমনা
নোংমা থৌকলগবা
নোংমা কিনরকই
নোংমা অসুম্না
নোংমা লাইরিক
নোংমা ইবা
নোংমা হৌখি
নোংমা শৈরেং
নোংমা ঈশৈ
নোংমা দ্রুমা
নোংমা লিলা
নোংমা ব্বারি
নোংমা মচা

নোংমা উপান্যাস

নোংমা লমকোই

নোংমা ফুংগা

নোংমা ৱারিশিং

নোংমা কবি

নোংমা শৈরেং

নোংমা থিখি

নোংমা ঐগী

নোংমা লাইরিকসু

নোংমা নম্বা

নোংমা প্রেসতা

নোংমা লোইখি

নোংমা ফোংখি

নোংমা লাইরিক্কী

নোংমা মরমদা

নোংমা ওজা

নোংমা অমনা

নোংমা ঙাংখি

নোংমা মখোয়না

নোংমা নৈনখিবা

নোংমা মখোয়না

নোংমা কবিগী

নোংমা মপোক

নোংমা কুম্মোল

নোংমা পাংথোকখি

নোংমা মনা
নোংমা ঐখোয়না
নোংমা ওকখি
নোংমা অইবদা
নোংমা শানবদা
নোংমা কলচরদা
নোংমা মীওইদা
নোংমা অঙকপা
নোংমা থোকখি
নোংমা অমগা
নোংমা অমগসু
নোংমা কাংলুপ
নোংমা ইরাং
নোংমা কয়া
নোংমা শগংখি
নোংমা মীফত্তবা
নোংমা খরনা
নোংমা থোকহনখি
নোংমা ইরৈপাক
নোংমা মচাশিং
নোংমা থৌনা
নোংমা ফনা
নোংমা চোংথোকরকই
নোংমা শিদ্রিফাওবা
নোংমা চরা

নোংমা হেনখি
নোংমা মীহাংপা
নোংমা য়ানিংদে
নোংমা শার্মিলা
নোংমা লেপখি
নোংমা ঙসিসু
নোংমা মথন্তা
নোংমা মৈ
নোংমা থাখি
নোংমা মথন্তা
নোংমা ছাত্রা
নোংমা মৈ
নোংমা থজরকই
নোংমা মতম
নোংমা চানা
নোংমা কনখি
নোংমা জুন
নোংমা তারনিপান
নোংমা হৌরকখি
নোংমা মীশিং
নোংমা তরানিপান
নোংমা শিখিবা
নোংমা মীয়াম
নোংমা ঙকখি
নোংমা মীশিদুগী

নোংমা রাথোক
নোংমা ওইখি
নোংমা অমুক্তাসু
নোংমা থোকখিদবা
নোংমা মীওইবদা
নোংমা কংলাগী
নোংমা অশাম রাইফল
নোংমা লৌথোকউ
নোংমা ঈহৌদুগী
নোংমা নুপী
নোংমা ইমা
নোংমা খরা
নোংমা মফি
নোংমা য়াওদনা
নোংমা চংসিনখি
নোংমা লেপ্তুনা
নোংমা ইরাংসু
নোংমা লেপ্তে
নোংমা চীংগী
নোংমা লানহৌবা
নোংমা খরনা
নোংমা মনিপুরগী
নোংমা চীংগী
নোংমা শরুক
নোংমা খরা

নোংমা অতোপ্পা
নোংমা লৈবাক্তা
নোংমা পুল্লগে
নোংমা হায়দুনা
নোংমা লম্বী
নোংমা মতম
নোংমা কুইনা
নোংমা বন
নোংমা তৌথি
নোংমা ঐখোয়গী
নোংমা মরক্তাগী
নোংমা খরনা
নোংমা লৈবাক
নোংমা কাইনবা
নোংমা সিনবা
নোংমা সোইদনা
নোংমা ওইরই
নোংমা ময়েক্কীদমক
নোংমা লাইব্রেরী
নোংমা মৈ
নোংমা থাখি
নোংমা মীয়াম
নোংমা শাওখি
নোংমা নোংমগী
নোংমা থৌদোক

নোংমা ব্রাথোক্লা
নোংমা লৈবাকসে
নোংমা প্রজশিংসে
নোংমা সোইদনা
নোংমা শাওরকখি
নোংমা ইখং
নোংমা খেংহৌদনা
নোংমা ঐগী
নোংমা কাইনখ্রবী
নোংমা থেংনখি
নোংমা মানা
নোংমা কপচখি
নোংমা লকই
নোংমা উনখি
নোংমা চংখি
নোংমা য়েংলকই
নোংমা য়েংলকখিদে
নোংমা উসন্নদে
নোংমা হায়খিবদো
নোংমা অদুম
নোংমা নিংশিংই
নোংমা ঐসু
নোংমা কপখি
নোংমা মাগীদমক
নোংমা অব্রাবা

নোংমা তাখি

নোংমা অসুম্না

নোংমা মতম

নোংমা কয়া

নোংমা হৌখিদুনা

নোংমা মীওইবগী

নোংমা পুন্সিসে

নোংমা তাইবংগী

নোংমা ব্রাংমদা

নোংমা সোইদনা

নোংমা চৎখিগনি

নোংমা খল্লুবদা

নোংমা ব্রাদবা

নোংমা ঙমলল্তে ।

---o---

# লৈবুং লান

মিং ওনলু নহাক
নত্রবদি নহাক শিরগনি
অবাইবনি মীগী মিং
লৈজে ঐখোয়গী মিং
ইপা ইপুশিংনা কৌনরম্বা
তোম্বা-তোম্বী চাওবা-চাওবী
শম কোই থাকউ
থাইনা ইপা ইপুগুম
খওহনসি ঐখোয় ইজাৎতি
চৎসি ওলেম্পিক্তা
ৱার্লড কপ কয়াদা
থামেন চৎপা ফিজোল সেত্তুনা
অদুতনা ওইগনি শক্তাকচবা
ওনলু মিং ওনলু
নত্রবদি শি উবরা
শিবগী চৈরাক ফংগনি
ওনলু মিং ওনলু ।।

--o--

## পাং অমদা

ঙা ফাবা মী খরা
কুমথরকই ফারগে খননা
লূ-লাং তাইজেপ
ঈশিং মনুংদা লৈরিবা ঙা
অমত্তা চিথদনা ফারগে খননা
থংলি ঙাগী চেনফম খুদিং
কাবো-লূ সোরা-লূ
তাওথুম-লূ তাইজেপ-লূ
চেনফম লৈতে ঙা
ইচম চম্বা ঙাদো
লূ-মনুংদা ফাদোপ তাই
ঙানা চোংই ফ্রিং-ফ্রিং
উপাই লৈতনা লু মনুংদা
মোমোল নোকই ঙাফাবা ॥

--০--

# সুভদ্রা

পান্দু নিংথৌ মপারি পঙ্ক পান্দব মশানা,
ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা পাল্লি হয়াও তয়াম্না ।
যুধিষ্ঠির ময়াম্বা' রাজা নিংথৌ খুবমনি ।
য়েক্না-ওম্বা ভীম অর্জুন প্রলয় যমপী শক্তমনি।
নকুল সহদেবসু মপা লৈত' রথিনি ।
সতী-থোইবী দ্রৌপদী মশা-তাল্লোয়রাবীনি।
ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা মতৌ অসুম তৌদুনা,
নুংঙাই-য়াহক লৈরকই য়েক্ন-তিন্থং লৈতনা ।
ব্রহ্মা ঋষি নারদ' নোংমা' কোরৌ নুমিত্তা,
বীনা যন্ত্র খুত্তা পায়' লাক্লে নিংথৌ সভাদা ।।

মচাল মনাও সশানা মুণি চেংলৌ ঊরদা,
কোংয়াং চৈন্তু তাবগুম ভক্তি কৈচে চরন্দা।
তাকপিয়ুনে মুণিও ! লেঙবীরকপা করিগী,
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা, সভা-সিদা ননাইগী ।
পুন্সি মহৈ য়াল্লেনে ননাই ঐথোয় মশামক,
করি তাকপীগদবা তাকপীরোনে হৌজিকমক ।
পান্দব মবা তাবদা ব্রহ্মা ঋষি মহাক্না,
য়াম্বা পাওমেম্নরকই খোয়রুম মোমোন মীনোক্না
নরদ ঐনা লাকপা ঙসি কোরৌ নোংসিদা ;
সতী কুন্তি মপারি! অতে করিমত্তা নত্তেদা ।

তাল্লোয় অমথঙনা নিপা মশা' সেবা তৌ'
অরায়' থবক নওদো; চুমদবরা য়াথল তৌ ।
নুপীদগী ওইবনি লৈবাক য়াথোক ওইবসু ।
মকম মতম খুদিংদা তানরিবা ঙাশনি।

লঙ্কা লৈবাক তুমখিবা সীতা মহাক থাক্লিনি।
হিংচা’ শাগে অথোইবা সুন্দ উপসুন্দনি।
য়াইবী থবায় মগুনা তিলোত্তমা মাগীনি।
নথোয় মগ্তামক্তসু অদুম’ থোক্লোই হায়ঙমদে।
নোংদম্বগী নোংদম্বু কনা’ খঙবা ঙম্মদে।
কুরু শাগে’ লঙ্গী অথোইবা নথোয়দি
দ্রৌপদী মহাকথক্কী য়েৎন-পরে থাংননী।
উনবা পুক্লীং তগ্লৌদো নিয়ম হায়েন পীরমগে।
হাখল থশ্মোয় শেংদোক্লা হাহে মন্ত্র তাক্লগে।
"চহী কুমজা অমমম, পান্দম নথোয় মগ্তাগী,
নরান মোংবা নশাইগোন ওইনৌ মবেম্মা য়ুমগী,
চহী কুমজা ফাদ্রিঙে ‘কনাগুম্বা অমনা,
নিয়মক হাংমা লাল্লবা, দন্দিফংনি মহাক্লা।
চহী তরানিথোইবু লৈবাক কোয়বা ওইসনু।
নিয়ম কায়না চংপগী অবা’ দন্দি ফংসনু।
নিয়ম তাকপীরম্লগা ব্রহ্মা ঋষি মহাক্লা।
লাইরেবাক্তা হনখরে, মতৌ অসুম তৌদুনা।
নারদ য়াথং ঙাক’ হরাও-লিংজেল মান্নবা।
চহী কুমজা কয়া পাল্লে পঞ্চ পান্দবনা।
চীংঙু লাইগী লৈবাকুম হাও-পাদ লৈবাক্লী।
য়েংঙু-য়েংঙু’ খুদীংদা কজবগী শক্তম্লী।
স্বর্গ পর লাইরেশাক চীংঙু খোয়ুম লৈবাকুম,
য়েংঙু’ মক্তম পুম্নমক ঙকই মিত্রং মতৌগুম।
চীংঙু মাগী খুৎশীন্নি; খোইয়ুম মাগী থৌরাঙবু,
খঙবা ঙমদে কননা ; শাল্লে জীব’ পুম্নবু।
নোংমা কোরৌ নুঙ্কিঙ্তা ব্রাহ্মন অহল অমনা,

কপ্পদুনা হায়রকই অর্জুন মাগী মফমদা ।
পিরোয়নবা য়াহৈনা হায়রকই অর্জুনদা ।
তাবিয়ুনে ইবুঙো! অর্জুন কোলোয় পাঙনবা।
ঠাকুর সেবা তৌনবা মণবী' মথল লৈজবা,
হৱান্দুনা পুবিগ্রে ডাকু কাণ্ডবু থরনা ।
হৌজিক্তমক মণ্ডায়গ্রি তান্নবিরোলাও থুনা ।
ব্রাহ্মন' মরা তাবদাক পীসু হৈবা অর্জুনা,
খুৎলাই শঙদা তম্লক্লে, খুৎলাই লৌগে হায়দুনা।
খোয়ুম মাগী নোংদম্লা খুৎলাই শঙগী মনুংদা,
দ্রৌপদী যুধিষ্টর, অনী লৈবা উরেদা ।
মমাই ওম্না থোরক্লে! অর্জুন চঙবা য়াদ্রেদো।
মতৌ অদু উবদা শাওবা থেংলে ব্রাহ্মনদো ।
মীৎলু পিরাং ঈহৌনা কোলোয় মপাও লাওরকই।
"করি তৌরে ফালগুনি?" শাওরদুনা হায়রকই।
নরৈবাক্তা লৈরগা হূরান-চীঙ্গি মীনম্না,
য়ায়তোঙ-থমদোঙ নখোয়না ফাবীবসু ঙমদ্রবা ।
রজা নিংথৌ ওইবনা অচুম-অরান তুংওইননা,
প্রজা য়ায়েন তৌদ্রবা করি তৌনি লৈদুনা।
লৈবাক'সিদা লৈরবৈ করি কাম্নরুগনি।
লৈবাক অসি থাদোক্রম' খুলহোংবনা ফরনি।
ব্রাহ্মন মতৌ উবদা ফুমঙনরে অর্জুনদো।
খুৎলাই-শঙদা চঙদুনা খুৎলাই তম্লৌ লৌরেদো ।
খুৎলৈ থুনা ধনঞ্জয়' থুনা য়াঙ্না চত্তুনা,
হূরানবদু হাত্তেক্রম'লাক্লে মণবী পুদুনা ।
হৱাওজরে ব্রাহ্মন'দো মাঙব্রবা মণবী ফংবদা ।
পীরম্লগা আশির্বাদ, হনগ্রে মমুম মায়কৈদা ।

গান্দিববু শৃংশুবা তেন্সুহৈবা অর্জ্জুন্না,
তপ্না-তপ্না চঙলক্লে ময়কলৈ-দা লুক্তুনা।
যুধিষ্ঠির মনাক্তা চঙলক্তুনা নোল্লুকচৈ।
ইকাই-নুংশি য়াম্মনা য়াল্লী' পুম্বা হঙ্গচ্চৈ।
অবিসীনে য়াম্বুংও ! তোল্ল'ননাও অর্জ্জুন্না,
ওসি কোরৌ নুমিত্তা লানথ্রে য়াম্বুংদা ঐনা।
অসোয়-অরান'ওাকপিয়ু য়াম্বুং স্না চরম্মা।
চুমদা থবক তৌথরে নারদে নিয়ম থুগাই'না।
বনগী মায়কে তমথ্রে ওসি কোরৌ নোংশিদা।
বিদায় পীনবীরোনো খুরুমজরি চরন্দা।
কোলোয়রকই যুধিষ্ঠির অর্জ্জুন য়াম্বা তাবদা
করিম্বনো কাগনি, নুংশি হৈত'মাল্লিদা।
'দূবু দোষ কৌবরা? কৈসু লৈত'দূগীবু।
বনদা চংপা হৌনত্রা থাদোক্তুনা 'খোয়বু।
ফনা খামই যুধিষ্ঠির, য়াবা লৈতে অর্জ্জুন্না।
হঙ্গচ্চেদো কিরিটি পিরোয়নবা য়াম্বানা।
য়াম্বুং'বুংঙো নুংশিবা তাকপিরিবা পুন্নমক,
ননাও ওইবে প্রেমদুনা হায়বিবনি মদুমক।
মাল্লেম লৈবাক অপেংপা শৃংমেং চানা মেক্তুনা,
অপাম চরে নমখাঙদা শঙ্নীং 'মওঙ 'তুংইম্মা।
অহৌ 'চরে নমখাঙদা শাঙনীং' মচু শঙ্গেনদো,
মানা-মানা পাজবা মখল-মথেল মচুদো।
ধর্ম্ম মাগী মরমদা অপাম' মওঙ' মতুংইম্মা।
অঙৌ' চরে নমখাঙদা শঙনীং মচু শঙনৈদো,
ধর্ম্ম-মাগী মরমদা অপাম' মওঙ শেম্বদী,
ধর্ম্ম হিংসা কৌইদো পামজদেনে মাদুদি।

বনগী মায়কে পাংলগে নিয়ম কায়দননবা,
চিংন’ পঁরে থাংদনা বিদায় পীনবিরোবা ।
অসুম তৌনা অর্জুনদো যুধিষ্টির’ চিংবদা,
লোইনা বিদায় নিজরে, মচীল মনাও’ পুম্বাদা ।
রাজা চিত্রবাহনগী মমোম চিত্রঙ্গদানি
তালোয়’শিংদা চন্দুনা লৈ’বা চহী অমনি।
’দূদুগী ’মুক লাকপনা খা-সমুদ্র য়ৌরক্লে।
মফম খুদীং অর্জুনা ঈরু মায়থজারাক্লে।
খরা চংলে হায়রগা ’দুদৈ অমুক লাকপদা,
পঞ্চতীর্থ মিংগৌবা থুং’লৈ মফম অদুদা ।
মফম’দুদা লৈরম্বা হায়নরম্মী মুণি’না,
“তীর্থ’সিদা লুপচবা ফংলবদি তাইবঙনা,
অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈ ফংঙি মহাক্না”।
নাপী-শীংনা কয়ানা কূপশিন্দুনা লৈখরে।
কয়া’ শোঙলে মফম’দো ঈশিং মশক উদরে।
ঙক্লদুনা অর্জুন্না হংজে মুণি খবিদা।
“তাবিয়ুনে খৰিশিং তাকপিয়ুনে ননাইদা ।
অসুক মগুন চাওরবা তীর্থ’সিদা করন্না,
চঙনদ্রিবা ’তাকপীয়ু নমু তাইবঙ জীবনা”।
মুণিশিংনা হায়রকই অর্জুন মপাও তাবদা ।
“কুমভির ঙাক্তা লৈবনি তীর্থসিগী মনুংদা ।
তারো কুন্তী মপারি ! কুম্ভীরবু কিবনা,
মফম’সিদা চঙনদে নমু তাইবঙ কননা।
মীনিল তাবা য়াদ্রবা চাওর’কুম্ভীর ঙাক্তনি।
চঙলুগনু কিরিটি খুদোংথিবা থোক্কনি।”

ইন্দ্ররাজ মপারি 'অকিবনা' কিরবা,
চগুশিল্লক্রে অর্জ্জুনদো অকি শরুক থুংদ্রবা।
সৌভদ্র কোলোয়নবা তীর্থদুদা কুমলেদো।
অকি'মচেং পঙ্কবা, লাই কিদবা অর্জ্জুনদো।
ক্ষেত্রি শাগে'লভ্ভগী অথোইবা মহাক্লি।
চিংনব্বাখল লৈতনা স্নান তৌরেদো ফাগুনী।
মীনিল খোল তাবদা কুম্ভীরদো থোরক্রে।
ময়া কাথোক্লদুনা অর্জ্জুন' মখোঙ উম্লক্রে।
সুপকোন কোন্সিল্লদুনা কুম্ভীরবু অর্জ্জুনা,
কংফাল তানা চোংখংলে পাংগন কনবা মহাক্লা।
কংফাল য়ৌবা কান্দদি কুম্ভীর মুর্ত্তি থাদোক্রে।
মশক মতৌ ফজবী নুপী শক্তম ওইরক্রে।
ঙক্লদুনা অর্জ্জুন্না হংই নুজা মঙোনদা ।
'হায়য়ু তাসী নীংথিবী ! তম্মু নপাও ঐঙোন্দা।
কুম্ভীর' শক্তম লৌদুনা লাইজ নুংদা লৈরম্বা
মরম করিদগীনো? হায়য়ু তাশি অশেংবা"।
কোলোয়রকই নিংথিবী, অর্জ্জুন মপাও তাবদা।
"তাবীয়ুনে কৌন্তেয় ! ইপাও তমগে নঙোন্দা ।
কুবেরগী মনাইনি জগোই সাবী ঙাক্তনি।
অসুম তৌনা লৈরিবা নুপী ঐখোয় মঙানি।
লীগে তারো বারী'সে পাংগল কনবা মঙোন্দা।
লাইবক থীবী ঐখোয়গী ওইথিবদু নোং'দুদা
নোংমা কোরৌ নুমিত্তা তপবনদা লাইনিংবা,
মুণি অমা লৈরই, মতীক মগুন চাওরবা।
নহা ওইবে হৌনবা ঐখোয় মঙা অদুনা,
মুণি মাবু লক্লকই হেদোই হেরাও কাদুনা,
খোয়শাঙনরবা মুণি'দো মথা জক-জক- চাক্লকই।

ঐখোয় মঙা' য়েংদুনা ব্রমাশাপশু তৌরকই।"
"ৱারতবী ওতবী ! নখোয় মঙা তাজরো।
কুন্তীর' শক্তম ওন্দুনা লাইজ'নুংদা লৈরুরো।
শাপান্তকতি তাকপিগে অদুম অদুম ওইনবু।
কনাগুম্বা অমনা নখোয় মঙা অসিবু,
লৌখৎপিরক্রুবদি লাইজ ঈশিং'নুংদগী।
তীনখোকচবা ওইদুনা মর্ত্তি পংজৌ তাইবঙগী"।
লম্বী লমসাং লাকপদা বীথিমাগী নোংদম্না,
ব্রহ্মা ঋষি নারদা তাকপিরকই মহাক্না।
"মতম খরা লৈরুরো কুন্তীর শক্তম লৌদুনা।
পান্দু মচা অর্জ্জুন্না তীর্থ কোয়বা লাক্কনি।
অর্জ্জুন খুৎনা শোকপদা ব্রহ্মশাপতো কোক্কনি।"
নারদনা তাক্রুম্বা ৱাকম অদু শোয়দরে।
নঙগী খুৎনা শোকপদা ব্রহ্ম শাপতো কোকখ্রে।
নুমিৎ থানা ওাল্লি'খৈ অর্জ্জুন নঙগী নগুম্না,
শোম্নহৌবা ওইসনু মালেম পৃথিশীন থুংনা।
অতোপ'তীর্থ মরিদা ইতা মরি লৈবনি,
কনবিরম্মু নহাক্না মখোয়বুসু ফাক্কনি।
তীর্থ মরি মক্তগী থৌজান হৈবা অর্জ্জুন্না,
মখোয় মরি অদু'সু কনবীরম্রে অদুম্না।
অরান'খুবম ফংলবী কুন্তীর মরি অদুনা,
লাইরেবক্তা হনখরে হানৈ মুর্ত্তি পদুনা,
শেংদোক্তুনা থনম্রে য়েক্র' ওম্বা অর্জ্জুন্না।
তীর্থ কোয়বা খোরক্রে ইন্দ্র' ওম্বা অর্জ্জুন্না।
প্রভাস তীর্থদা অর্জ্জুন কৃষ্ণ উবদা
গোকর্ণনা চিংলবা তীর্থ মফম কয়াদা,
জগৎ ওম্বা অর্জ্জুন মথৎ-মথৎ লাক্রেদো।

'দুদৈ অমুক লাকপদ্দা জাকত্ত বর্ষৈ নোংচুপ্তা,
প্রভাস কৌবা তীর্থদা থুংলরেরো খুদক্তা ।
খণ্ডদা উদ্দা লৈতবা থৌজাল লৈবা কৃষ্ণনি ।
অমম্বসু মহাক্না অণ্ডানবসু তাইবঙ জীবনা,
অম্বা নুংঙাই' লীলাবু য়াওরি মতম লেপ্তুনা ।
ওইরম্ভবা ওইরিবা ওইগ্র' পুম্না খঙবনি।
মনাই' কৃদুম চল্লবা বিশ্বজগৎ মপুনি।
প্রভাস কৌবা তীর্থদা অর্জ্জুন লাক্রে খণ্ডুনা।
দ্বারিকাগী মবুঙো কৃষ্ণচন্দ্র মহাক্না ।
অর্জ্জুন মানা পেন্নবা খুজীল থৌরাং তৌখরে।
যদু শাগে পুম্নমক খোম্নদুনা থাখরে।
রৈবতক-কি চীংথক্তা নখোয় পুম্বা চৎলম্লো।
অচা-অথক পূরস্মু লৈতেং-নূংদেং শেম্নম্লো।
চোম্না য়াবা নম্ভেদো ইতাও অর্জ্জুন লাকপদা ।
য়াথং লীপ্রে কৃষ্ণনা নুপী-নুপা খূদীংদা ।
নুপী-অঙাং থাক্তনা অহল-লমন খুদীংমক,
য়াথং মচেৎ ফংবদা হরাওনরে পুম্নমক ।
অচা-অথক কয়া পূই, লৈতেং মখল কয়ানী,
ফজনবা শেম্বগী খূৎহৈবনা লীশিংনি।
বাক্ত-পাদ' পূদুনা পুম্নমক্তো চৎখরে,
রৈবতক-কি চীংথক্তা হরাও তয়াম্নখরে।
যদু-শাগে' পূম্বদা কৃষ্ণ য়াথং তৌরম্লে ।
দারুক মাবু কৌদুনা দোলায় সাজন তৌহম্লে।
তীম্নগনু থারুকও ! ঙসি কোরৌ নোংসিদা,
অর্জ্জুন অদো থুংলরে প্রভাস কৌবা তীর্থদা।
প্রানমক্তা মাম্নবা ঐগী পুন্সি মম্নদী ।
ভূম্বা-হীম্না চাবদা কাওঙমদবা মহাক্নী।

বসুদেব' মপারি বনমালি কৃষ্ণনা,
দোলায়মচা লেঙখংলে দারুক মাপা লোয়ননা।
মাপুং মমাঙ থাদুনা দারুক' দোলায় থোরক্রে ।
প্রভাসকি লমীদা মতৌ অসুম' লেঙলক্রে ।
অর্জুন মানা লৈরিবা প্রভাস কৌবা তীর্থদা,
কৃষ্ণ দোলায় থুংলরে খৃদক অদু মতাদা ।
কুমজা কয়া উদ্রবা, তাম্র' লমদম অদুদা,
মতু চংই অর্জুনদো মবুঙোবু উবদা।
মিংলু নাপোম অনীদা নীক-নীক লাওত্রে পিরাংনা।
কৌজরকই কৃষ্ণবু তরাং ঈরা চেন্দুনা ।
লাপ্লিঙে -দৈ কৌনৈদো পাম্বোম খাংনা থাংগংনৈ।
তনিক্রবা স্বরনা "ইতাও! ইতাও!!" মিংগৌনৈ।
অর্জুন মান পৃথিদা, কৃষ্ণ মানা দোলায়দা ,
দোলায়দগী চোংথ্ররক্রে নকশিম্নর' মতমদা ।
খাঙাঙনদে অনীমক চেংনা চাম্না কোম্সিম্লৈ।
মিংলুদগী তারকপা পিরাংতনা পাওদম্লৈ।
কোকিল' স্বর' ঙমজবা নুংশিরবা য়বানা,
খারৌরকই কৃষ্ণনা মনাই অর্জুন য়েংদুনা।
করি থবক' লাক্রিবা, কদাই কদাই' য়ৌরুরে,
হায়মু তাসী মরুপ্নোয় নপাও তাদ' কুইরে।
কোলোয় মপাও তম্রকই তনিক্রবা খোঞ্জেম্না।
ইন্দ্ররাজ মপারি অর্জুন কৌবা মহাক্রা । .
ব্রাহ্মনগী মপ হুথিবা, খুলাই' শঙদা চঙলুবা,
দরুপদী য়ুধিষ্টিরবু খুংলাই' শঙদা থেংনবা"
মারী পুখা তমজরে চীথ নাম্ব' লৈতনা ।
ইবুংঙোগী মকমদা, মখং মনাও কায়দনা ।

করে'দুদি মরুপ্রোম, যদু শাগে ময়াম্না,
রৈবতক-কি চীং'থক্তা লৈরি নওবু হাইদুনা ।
নহাক লাকই তাবদা রৈবতক-কি চীং'থক্তা,
উৎসব মেলা তৌরিদো অর্জুন নওগীদমক্তা ।
অসুম হায়রদুনা কৃষ্ণ অর্জুন অনীমক,
দোলায়থক্তা কাখৎলে খুদক্তুদা থুনমক।
শাথৌ হৈবা শারথি দোলায় থৌবা দারুকনা,
দোলায় অদু থৌরক্লে' মাল্লং মমাঙ থাদুনা ।

## রৈবতক চীংগী ফজবা

রৈবতক-কি চীংথক্তা কৃষ্ণগী য়াথং' তুংইয়া,
শেম্বা শাবা লোইখরে অদু' মীয়ামশিং-দুনা।
মশিং লাকপা ওমদ্রবা যদু' শাগে মীয়ামদো ,
ঈরাঙ লাওনৈ পুন্নমক কানবু পোথদেদো।
চান-থক্রবা থবক্তা থর'মনা হোৎনরি।
কনাগুম্বা খরনা লখী শেম্বা হোৎনরি।
থৈবোঙ হৈনৌ খোংনাংনা হৌগ্রি পরেং লেংদুনা।
তমাল ক্যামলৈ চীংসুউ মশীং তানি কননা।
যুবী, যাম, হৈগ্রু, বোরোই, কয়া' মশীং থাগনি।
চীংগু মাগী তাইবঙনি খোয়ুম মানা শেম্বনি।
মখুং হৈবা কয়ানা মখল মথা শেম্বনি।
প্রকৃতিগী খুৎশেমদা তাইবঙ খুৎশেম হাপচিল্লে।
পামেন উজাও পুন্নমক মখোঙ খুদীংদা,
অঙৌ' চরৈ য়েংশিল্লে ফজখরে য়েংবদা ।
অঙৌ' অশাং য়ানশিল্লে পরেং পরেং কয়ানী।
অখোয়-অরাক লৈজরবা চুম্ব লখী অমুনা,

তৌর অশাং য়ানশিল্লে পরেং পরেং কয়ানী।
লখী নাকল অনীদা মচু কয়া লৈজেনো,
পায়মা পুক্লীং নুংওনী য়াল্লি পরেং পল্লেহনা ।
মনম নুংশিল্লবা চন্দন মখল কয়ানি।
আগুর-কুঙ্কম কঞ্জরী যাবট, রক্ত চন্দননি।
চন্দন মখল কয়াবু পুল্লপ পূল্লা তক্লেদো,
মকম মকম খুদীংদা লখী থঙ্জা চাইরেদো।
চন্দন মখল খুদীংদা লখী' থঙ্জা চাইরেদো।
চন্দন মনম ফংবদা খোইমুশিংগী মশৈনা,
তাইবঙ পুক্লীং নৌহল্লি গুন গুন হায়বা শবনা ।
স্বর্গপুর লাইরেবাক মতৌ অসুম তৌখিদ্রা?
ওন্থোক্লসু ফজরে চাংদম্লীংঙাই লৈখিদ্রে ।

মপু শৈশক শৈইম্না বসন্তা মতম ওইরক্লে।
হৈপাল লৈপান পুম্নমক মনা মপাল শাংলক্লে।
লৈশক লৈচু মায়দে সীঙেল লৈরাং কয়ানী ।
জাতী-যতী নাগেশ্বর -চিনি মন্দ্রা লৈরাংনি।
মরীচংগী মাধবী শীঙেল লৈরাং উরীরে।
তল্লা পামেন লৈরাংদা লৈরাং শায়োন লৌখরে ।
নমু তাইবঙ জীবনা শীঙেল লঙ্জা তিনখরে।
লৈরাং পামেন উশাদে শীঙেল চরোং হেজুনা।
অমনা 'মদা পীনরি খাক্লা-খক্লা নোজুনা ।

আগুর-কুঙ্কম-কসটৌরি মনমতনা হারবী,
নুপী ঙাক্লী ময়ামদো শীঙেল শঙ্কুমরবী ।
চন্দন মনম তাবদা মমায় থকপা খোইমু,
কোয়তান-তাম্না ঙাংলরি লৈরাং শাংলৈ খন্দুনা।
নুপী ময়াম অদুনা পাখজুনা চেল্লরি।
অউবা ময়ামশিং 'দূনা বাম্রা-বাবা নোক্লরি।

মৈরিঙৈগী মতম্দা মতৌ অসুম তৌদুনা।
কৃষ্ণ অর্জুন পূনরে, মায়ক' দোলায় থৌদুনা।
অর্জুন লাক্লে তাবদা মদু শাহে মীয়মদে,
অর্জুন ওক্লে হায়দুনা মাবা-প্রণ-প্রণ চৈরেদো।
কৃষ্ণ অর্জুন অনীমক দোলায় 'মদা তোংখিরে।
অকনবগী মূর্তিনী নোংশা সাবান শক্তক্লে।
কুচু শংবানয়বা শকওঙ শক্তম মায়রি।
কিরীট কুণ্ডল লৈতেংই বনমালা নীংথিরি।
মনি রতন কয়ানা নীংথিজরি ওকশমদা।
সন্না কীগে থৌরীদো পূক্নী হূইদো য়েংবদা।
ওঙ্গেমবা চীঙ্খান্দা মোমোন মীনোক তম্বদি,
নাপনা ময়াই চন্দ্রশ্রী, নাবাংলবী যুভতী'।
য়েক্লবনা উরগা প্রলয় যমগী শক্তম্নী।
নুংশিনা উরগা শামুমচা মক্তনি।
মানখরে ওহোক্লা কৃষ্ণ অর্জুন অনীদো।
কৃষ্ণ মাবু অর্জুননী, কনামনা হায়নৈদো।
অর্জুনবুন্য কৃষ্ণনি হায়রকইদো কনানা।
অর্জুন' য়েংগদবগী ক্রক-ক্রক ঈরে মীতনা।
ইন্দ্ররাজ মপারি দোলায়দগী কূমথরে।
বসুদেব মহাক্কী চরন'ভক্তি কচ্চরে।
অবা-নুংঙাই পাওহংই অর্জুন মাগী মকমদা।
অর্জুন মানা তমজরে, বারী বাখোঙ মাঙোন্দা।
"চহী তরানীথোইনি নারদ বায়ে হূইয়া,
তীর্থ কোয়বা চচ্চরি" তম্রে বারী সুগায়না।
তাকপি বাসুদেবনা করি মারি মালগুনি?
চহী কূমশিং সুদ্রিকাও ঐখোয়গী লৈখিয়নি।

বলভদ্র, ইগ্রসেন, সাত্যকিনা চিলবা,
রারী-রাতায় শানরে মথং-মথং অপুম্বা।
রৈবতক-কি চীং'থক্তা ময়ামদুগা লোয়ননা।
কাখৎলক্লে অর্জ্জুনদো হরাও তয়াম্নদুনা।
যদু শাগৈ নুপীসিং অথেন পোৎশু পুরকই,
অর্জ্জুন মাগীদমক্তা মরী মরী চঙলকই।
খূরুম য়াবা খুরুম্ব্রে, কৌন য়াবা কৌনরে।
অরা-নুংঙাই পাওহংনৈ, ওরাও হরাও নোক্নরে।
বসুদেব মমোম্লোই মতম অদুমক্তদা,
কৃষ্ণ মাগী মচনদো লাক্নে থ্বাইগী তূংদুদা।
যদূ সাগৈ লৈকোম্নুং নৌনা লৈশাং থম্লিবী
সূভদ্রাবু কৌরী, লৈরাংনিদো শাৎলিবী।
যূবতীগী হৌনবা য়েংঙু খূদিং রাম্ভেদো।
মনম নূশিখ্রে থাও তৈ, খোইখোয় তাবা শম্লাংদো।
আগুর, কস্তুরী, কূঙ্কুম, চন্দন মখল কয়ানা,
তাইবঙ থম্মোয় সূক্ষ্মৎনৈ, চন্দন মনমদুতনি।
চন্দন মনম তাবদা খোইমুশিংগী মপৈনা,
'ভদ্রা নাক্তা ওংলরি, পাম্বী লৈরাং তাদুনা।
নাদা য়াল্লি নাইম্না, নূরা মাগী নাপদা,
লেঙলু-শোকলু য়াওদনা হাইজরিদো মথক্তা।
পূর্ণিমাগী থাজনা নূজা মাইথোং উবদা,
নোংদোন লৈচিন মরক্তা ঈকাইদুনা লোৎখিদা।
থোয়দিং মপাল ওমজেদা তাথরকপী নাতোম্না।
নীংঙি খোয়রুম তৌ-বোইদা, ঙাঙ্ঙ্মবী চীনবাম্না।
নূরা মিৎস্না মাম্না শজি মিত্তনি।
খোইমু ওইবা কয়াগী থম্মোয় কঙাওনকম্নী।

শীসুম অনী অদুনা কাম কৌবা লাইদুগী।
ফূল থূন কৌরবা, লীরুং মণ্ডলী লৈগী ।
চেন্না য়েকপা লাইগুলি ব্যাঙাও হৈদো মান্দোদা।
ঙাওরোইদবা কন্যা লৈ নূজা চেংলৌ উবদা।
চাদ-থক্ত লৈত্রবা যোগি ঋষি কাওবদা,
লাইনিং-লবী কাওগনি নূরা মায়থোং উবদা।
ঈশিং য়োংপা উবরা ভদ্রা মাগী চরমনী।
ওকশম মতা ফবদা, মনি রতন লৈতেংনি।
থবক ঙানফম উনিদা চরৈ ফিনা থাখুম্লে।
মখল মথা লৈতেংনা থবাক্তুদা ঙাম্ভোইদনে।
পূর্ণিমাগী থাজবু খুম্রবসু লৈচিন্না,
মালেম তাবা পাম্বোম্না লৈয়োননুংদগী থম্বৌনি।
সনা খুজি কয়ানা নূজা খুদাং ঙাম্ভোইরি।
তথোংলবী খুৎশাদা মনি খুদোপ ঙাম্ভোইরি।
সুপ্তক তাবা শাড়িনা, তারকপদো খুবোমদা,
থম্বাল লৈয়োন থমচেত্তা লৈরিক্লা য়োম্বগুম্লীদা।
দেবকীগী মম্মোম্রী রাম কৃষ্ণগী মচননি।

---লোইরে--




শ্রী ইন্দিয়ানি